# সর্ব্বোদয় জ্যোতিষ

## অহানবা শরুক

শ্রীসারুংবম ময়ূরধ্বজ সিংহ, ওর্কে
নিংথেমজাউ সিংহ চন্দ্র সিদ্ধান্ত
শিংজমৈ মখা, ময়েংবম লৈকাই।



মমল লুপা ৩

# সর্ব্বোদয় জ্যোতিষ

## অহানবা শরুক

খোমজিন্দুনা ইথোকচবা

**শ্রীসারুংবম ময়ূরধ্বজ সিংহ, ওর্ফে**

নিংথেমজাউ সিংহ চন্দ্র সিদ্ধান্ত

শিংজমৈ মথা, ময়েংবম লৈকাই।

অকোণবা :—

অইবা মশামক



অহানবা

ছাপা নম্বা ১৯৭৩ ইং

কপি মশীং ১০০০

---

নম্ফম :— মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বাজর ব্রর্ম্মা রোড,

ইম্ফাল।

# য়াথোল খরদং

মী খুদিংমক তুংগী আশাদা হিংনরিবা ঙাক্তনি। হিংনরিবা মীওইবশিংনা তুংগী ওইরকদবা পুন্সিগী লমদাংবু খঙনিঙ-খঙনিঙনা খঙবা ইঙম ঙম্নদনা পুন্সি চেংজেল লোম্নরিবা ঐখোয়নি। তৌইগুম্বস্নুং থায়নগী ঈশ্বরগী শক্তি ফংলবা থোইদোক্লা. বিশ্ব-জগতকী গ্রহশিংগী খোঙচংকা মীওইবা ঐখোয়গা লৈনবা মরীবু মুণি ঋষিশিংনা অমদি থায়নগী মৈতৈ ইপা-ইপুশিংনা থোইদোক-হেন্দোক্লা মগুং হুজিম্না খঙলমদুনা পুন্সিগী তাঙ্কক কয়াবু খুদোংথীবা থোক্কদবা অদু মখোয়গী হৈ-শিংবগী খুৎহোৎনা লায়না মাঙজোননা খঙজবা য়াননবা মমল য়াম্লবা মণি মতুম কয়া থম্বিরম্মী। অসিগুম্বা খঙদবর্বু খঙ-নিঙবা, হৈতববু হৈনিঙবা হায়বসি মীওইবা ঐখোয়গী হৌনশানি খঞ্জরুবনা, থম্বিরম্বা লাইরিক জ্যোতিষ কয়াগী মতেং লৌজরগা "সর্ব্বদোয় জ্যোতিষ" কৌবা লাইরিক অসি পুথোকচরুবনি। লাইরিক মচা অসিনা মুংশিজরবা ইপা-ইচা খুদিংগী পুন্সিগী খোঙচত্তা মাঙজোননা খঙদোকপদা মতেঙ ওইনবগী থবক্ত। পূকচেল চাউরবা মণিপুর সরকারগী মহৈ লোয়শঙগী কর্ত্তৃপক্ষনা মতেং পাংবিরকখি। মসিগীদমক কর্ত্তৃপক্ষগী মফমদা তৌমিল উচ্চরি।

অরোয়বদা পঞ্জনিঙবদি লাইরিক মচা অসিবু ইরৈবাক মচাশিংগী য়ুমথোং খুদিংদা নৈনবিরবদি হোৎনজবগী মহু য়াঞ্জবগী হরাউবগা লোয়ননা পুন্সিগী লম্মন তোল্লে লৌজগনি। অশোয়-অঙাম য়াওবা পুম্বমু তুংগী খুংনমদা চুমথোক্লবা তাঞ্জা থমজরি। ঙাকপীগনি।

নোঞ্জরিবা—
শ্রীশারুংবম ময়ূরধ্বজ সিংহ
চন্দ্র সিদ্ধান্ত

# য়াউকম তাকপা

## প্রথম খণ্ড

# অনিশুবা শরুক

# সৰ্বোদয় জ্যোতিষ

ওঁ

## শ্রী ১০৮ গোবিন্দঃ শরণম্

### মণিপুরগী থাঙ্জৎতা তৎনবা হায়গে।

শজিভূ, থৌৱাল, পোইন্নু—নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা

কালেন, লাংবন, ৱাকচিং—য়ুমশকৈশ, ইরাই

ইঙা, মেরা, ফাইরেন—লৈপাকপোকপা

ইঙেল, হিয়াঙ্গৈ, লমদা—শগোলশেল, থাংজ তৎনৈ।

থাগী তৎনবা নুমিৎ অসিদা তেকশন হল্লিন্দনবা থবক তৌগনি.। অফবা থবক তৌবা ফত্তে।

### থাশি মায়কৈ।

শজিভূ, থৌৱাল, পোইন্নু—চিংখৈ। কালেন, লাংবন. ৱাকচিং—অৱাং। ইঙা, মেরা, ফাইরেন—নোংচুপ। ইঙেল, হিয়াংঙ্গৈ, লমদা—কৌক্রুদা থাশি ওই। থাগী থাশি মায়কৈদা মী, শল, ইরোই, শামুনচিংবা পুবা ফত্তে।

### লাইজাউ লৈবা মায়কৈ।

তিথি. থা নোংমা পানবদগী অমাবস্যা ফাওবা।

তিথি ১।৬।১১।১৬।২১।২৬ দা নোংপোক্তা।

তিথি ২।৭।১২।১৭।২২।২৭ দা মখাদা।

তিথি ৩।৮।১৩।১৮।২৩।২৮ দা নোংচুপ্তা।

তিথি ৪।৯।১৪।১৯।২৪।২৯ দা অৱাংদা।

তিথি ৫।১০।১৫।২০।২৫।৩০ দা থক-খাদা।

লাইজাউ লৈবা মায়কৈদা চৎথোক-চৎশিন ফত্তে। থক-খা লৈবদা, উ-কাবা অমস্তুং পুথ্রি তৌবা ফত্তে'। খুদোংথীবা তাগল্লি।

## হাকথি থনবগী মায়কৈ।

১। নোংপোক ওন্না খল্লগা পুক্লিং নুংঙাইতে। ২। মৈৱম ওন্না খল্লগা অকনবা পাউ তায়এ। ৩। মথা ওন্না খল্লগা পোৎচৈ ফংএ। পাউস্থু তায়এ। ৪। মোইরাংলাইজি ওন্না খল্লগা লল-থুম অপাম্বা ফংএ। ৫। নোংচুপ ওন্না খল্লগা অফবা ফত্তবা লৈতে। ৬। কৌক্রু ওন্না খল্লগা পুক থল্লি। মী কায়নৈএ। ৭। অৱাং ওন্না খল্লগা ঈশিং পুল অথনবগুম্মি, ফৈ। ৮। চিংখৈ ওন্না খল্লগা নারবদি ৱাই, নিংবদি থুংই।

## অপোকপা খুরম্বা থা হায়গে।

১। ইঙা থাদা খুরম্বদি—লল নিবা। ২। লাংবন থাদা খুরম্বদি—ইচা-ধারা নিবা। ৩। পোইনু থাদা খুরম্বদি—পুন্সি নিবা, ফমনিবা ফৈ।

## খুজিন, শম্নচিংবা ককপা।

১। নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশ নুমিৎ অনি অসিদা তৌবিবা ফৈ। ২। নোংমাইজিং নুমিৎতা কল্লবদি লল চৎলে। খোইদৌ

শাউগৎলে। ৩। লৈপাকপোকপা মুমিৎতা কক্লবদি পাঙ্গল ময়েং তাই, পুন্সি ব্রাৎলি। ৪। শগোলশেল মুমিৎতা কক্লবদি মীমাং ফমই, ইকাইবা নংএ। ৫। ইরাইদা কক্লবদি ফম্বী ময়েং তাইএ। ৬। থাংজ মুমিৎতা কক্লবদি মথক্তা হায়রিবা পুম্নমক ফংএ।

## পুথি, গুহা তৌবা।

পুথি, গুহানচিংবা তৌবদা মি তাবগী মথক্তা য়োৎনা কক্লুনা তৌথ্রবদি মীনচিংবা জীব পানবা তাদুনা শিগল্লি।

## থবানমিচাক অচঙ অথোক।

১। অচঙবা নক্ষত্র— ৫।৬।১১।১২।১৫।১৬।১৭।১৮।২০।২১।২৩।২৬ ২৭ রেবতীনচিংবা।

২। অথোকপা নক্ষত্র—২।৩।৮।১৪।১৯।২৪

৩। অচঙ অথোক নক্ষত্র—১।৪।৭।৯।১০।১৩।২২।২৫

৪। মমিৎ তাঙবা নক্ষত্র —৪।৮।১২।১৬।২০।২৩।২৭

৫। মমিৎ নামা তাঙবা নক্ষত্র—৬।১০।১৪।১৮।২২।২৫।২

৬। মিৎচেৎ নামা তাঙবা নক্ষত্র—৫।৯।১৩।১৭।২১।২৪।১

৭। মমিৎ তাঙদবা নক্ষত্র—৭।১১।১৫।১৯।২৬।৩

৮। নক্ষত্র অচঙবদা পোৎচৈ লৌশিনবা, লৈশিনবা ফৈ। অথোকপা পোৎচৈ পীথোকপা ফত্তে। নক্ষত্র অচঙ অথোকপদা পোৎ চৈ পীথোক-পীশিন ফৈ।

৯। নক্ষত্র মমিৎ তাঙবদা মাঙথ্রবদি পোৎ অদু নক্না লৈ। নক্ষত্র মমিৎ নামা তাঙবদা পোৎ মাঙথ্রবদি লমদা লৈ। পাউ তাইএ।

নক্ষত্র মিৎচেৎ নাবদা মাঙগ্রবদি থিন্না ফংই। নক্ষত্র মমিৎ তাঙদবদা মাঙগ্রবদি খঙলরোই।

## স্বরোদয়।

১। নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশ, ইরাই নুমিৎ ৩ নি অসিদা নাতোন ওয়দা স্বর হোবা কালদা যাত্রা তৌরবদি নীংবা থুংএ।

২। নোংমাইজিং, লৈপাকপোকপা, শগোলশেল, থাংজ নুমিৎ (৪) মরীনি অসিদা নাতোন য়েৎতা স্বর হোবা কালদা যাত্রা তৌরবদি নীংবা থুংএ। ওন্নরবদি ফত্তে।

৩। নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশ, ইরাই নুমিৎকী নুমিৎ থোকপা কালদা নাতোন ওয়দা স্বর লৈরবদি মাতুগী নুমিৎ অদু ওইজ-ওইথক ফংই। নীংবা থুংই। হকচাং নুংঙাই।

৪। নোংমাইজিং, লৈপাকপোকপা, শগোলশেল, থাংজ নুমিৎ অসিগী অয়ূক নুমিৎ থোকপা কালদা য়েত্তা স্বর লৈরবদি ওইজ-ওইথক ফংই। নীংবা থুংই। হকচাং নুংঙাইএ। ওন্নরবদি ফত্তে।

৫। য়েৎ থংবা নাতোন্দা স্বর হোবা কালদা চাক চাবা, স্ত্রীসঙ্গ ওইবা মাংবনচিংবা থবক তৌগনি।

৬। ওয় থংবা নাতোন্দা স্বর হোবা মতমদা নম্বর ৫ গীদা হায়রিবা থবক অসি তৌবা য়াদে। ফত্তে, করিগুম্বা স্বরদি অফবা মায়কৈ থোকত্রবদি স্বর অহোবা মায়কৈদা স্বর চিংশিল্লগা খোঙ থাংগনি।

৭। নাতোন অনিমক স্বর হোবা মাম্নবা, ফুনবা মাম্নবা কালবু স্বর সন্ধি কৌই। মতমসিদা যাত্রা তৌবা, থবক পুম্নমক তৌবা ফত্তে। কনাগুম্বা মীনা পাউ হায়রবস্থ অফবা নত্তে ফত্তবা পাউনি।

অদুগা করিগুম্বা অমা তৌরবস্থ অমাঙবা ওইগনি অমস্থং অঙাং নিপা পোকত্রা, নুপী পোকত্রা হংলবস্থ অশিবা ওইরগদবনি। য়েত্তা স্বর লৈবা কান্দা কনাগুম্বনা য়েৎলোমদা লৈদুনা পাউ হংলবদি খ্বাইদগী হেনবা অফবা ফল পী। অঙাং পোকপগী পাউ ওইরবস্থ নিপা পোকপা ওই।

৮। ওয়রোমদা স্বর লৈবা কান্দা, ওয়রোমদা লৈদুনা পাউ হংবা অমস্থং ৱা হায়বা অফবা ওই। অঙাং নিপা নুপীগী ভাব হংলবস্থ নত্রগা ঙাঙলবস্থ নুপী ওই।

৯। অদুগা স্বরনা য়েত্তা লৈবদা ৱা হংবা, ৱা হায়বদা ওইদা লেপ্তুনা হংবা হায়বা তৌরবদি থবক অদু বেরা লৈ হায়না খঙনগনি। অঙাংনচিংবা জীব পানবা হংলবা ওইরবস্থ নিপা ওইদি হায়ববু অৱাবা থরদি মশাদা লৈ অস্থম্না খঙনগনি।

১০। স্বর হায়বা অসি পুং ১।১ অমমম য়েৎ ওয়দা শীম্নদুনা লৈ। পুং ২৪ শীম্নদুনা লৈ।

১১। শজিভূ চৈরাওবা নুমিত্তা নোংমদুমা নাতোন নামতদা স্বর লৈরবা মী অদু চহি অদুগী মম্নুংদা শোয়দনা শিগনি। অয়ুক্কী হৌগৎলমদাইদা নাতোন অনিমক স্বর হোবা মাম্নরবা মতম অদুবু বিষুবযোগ কৌই। নুমিত্তিগী অয়ুক হৌগৎলমদাইদা

মায়বা অন্থনা মুমিৎ ৭ নি মায়রবদি ঈশ্বরবু থম্মোয়দা কাউ-রগন্নু ঈশ্বর খুম্না য়োরগনি।

১২। মথক্তা হায়খিবা স্বর অসিনা চুম্না লাকলিঙে ফৈ। স্বর কারন তারবা হায়বদি ওইদা হোগদবা স্বরনা য়েক্তা হোবা, য়েক্তা হোগদবা মুমিৎনা ওইদা হোরবদি শোয়দনা নাগনি। অনাবা মীগী স্বরদি অরেপ্পা পুং লৈতে। নারবা মতমদা লাকল অমত্তা ওইবা নক্ষত্রগা নাতোন ২ মক স্বর ফুনবা ওইরবস্থ মতম অদুদা স্বর লৈবা মায়কৈদা ফুলহনবা ওম্না অত্থুগা অফুনবনা হোহনবা ওম্নবদি অনাবা অত্থু থুনা কোক্লকনি।

চাহগী ফল

১। চহিবু ৭ না য়েল্লু, ১ লেম্না অচঙ-অথোক ফৈ। ২ লেম্না অপানবা চঙবা ফৈ। ৩ লেম্না মহু পানবনা য়েংথি। ৪ লেম্না মথোঙ ৪ পানবা চঙএ। ৫ লেম্না থরায় পানবা চঙই, ফত্তে। ৬ লেম্না অপানবা চঙবা ফত্তে। ০ লেম্না পুম্নমক ফত্তে। মুপীদি নাত্রবদি ১।৩।৫।৭ লেম্নদি জীব পানবা চঙঙে।

২। কনাগুম্না মী অমা নাবদগী শিবা তারবদি য়েংউ মাগী চহিদা ২ না য়েল্লু, ১ লেম্না থা পানখৎলকপদা, ০ লেম্না থা শিথরকপদা শিএ।

৩। চহিদা ৯ তিল্লু ৩ না পুরিউ ৭ না য়েল্লু ১ লেম্না রাথোকএ। পোৎমাঙ-চৈমাঙ, খৎনা-চৈনবা য়াম্মে। ২ লেম্না লল ফংএ। ৩ লেম্না লল ফংএ। অরা-অনা নংএ। ৪ লেম্না মথোঙ ৪ পানবা ফংএ। ৫ লেম্না মীনা চাল্লে। লৌ-ইংখোল

ফংএ। ৬ লেম্বা লল ফংএ। ০ লেম্বা লম লাপ্পা চৎলে, লল ভানবদা লল ফংদে। মখোঙ-মখুৎ শোকএ। অৱা-অনা নংএ। লম্বোইবা ওইরবদি য়ুমদা লৈএ।

৪। শজিভূ থাদা পোকপদি চহি ১।৪ ফত্তে। চহি ১৫ সু মৈদা, ইশিংদা অৱাবা নংগল্লি। চহি ৩০।৩৫ সু অৱাবা নংবা লৈ। কালেন থাদা পোকপদি চহি ২।৪ ফত্তে। চহি ৭ ফত্তে। চহি ১০।১১ অৱাবা নংএ। চহি ১৫।২৫।৩৬।৪৬।৭৮ ফত্তে অৱা-অনা লৈ। ইঙা থাদা পোকপদি চহি ২।১৪।২৮।৪৫ দি অৱাবা নংএ। চহি ৪৭ লল ফংএ। চহি ৫৬ লাংকমনে। চহি ৭২ য়াম্না কৈ। ইঙেল থাদা পোকপদি চহি ৩।২৭ ফত্তে। চহি ৪৬ লল ফংএ। চহি ৫৭ ফত্তে। চহি ৬৫ লল ফংএ। চহি ৭৩ ফত্তে। থোৱান থাদা পোকপদি চহি ৪।১৫।২১।৩১।৪৬।৪৮ ফত্তে। লাংবন থাদা পোকপদি চহি ৩।২১।৩৬ ফত্তে। চহি ৫৫ লল ফংএ। চহি ৫৮ ফম নাইএ। চহি ৬২।৭৮ ফত্তে। মেৱা থাদা পোকপদি চহি ৪।৬।১০।২১।৩১।৫৫।৮১ ফত্তে। য়াম্না চোৎকশিনবিয়ু অৱা-অনা লৈ। হিয়াঙ্গৈ থাদা পোকপদি চহি ৩।৭ ফত্তে, মশা তিনকং লাইকংএ। চহি ৮ য়াম্না কৈ। চহি ১৬।২৭।৪৪।৫৭ ফত্তে। পোইন্তু থাদা পোকপদি চহি ৭।১৪।৪২।৪৬।৫৫ ফত্তে অৱা-অনা লৈ। ৱাকচিং থাদা পোকপদি চহি ১।২।৭।১৪ ফত্তে। চহি ২০।২৬ য়াম্না কৈ। চহি ৩১ ফত্তে। চহি ৪৫ লল ফংএ। চহি ৪৮ ফম মাইএ। চহি ৫৮ ফত্তে। চহি ৬১ ফত্তে। চহি ৮০ ফত্তে। ফাইরেন থাদা পোকপদি

চহি ২।৭।২৭।২৯ ফত্তে। চহি ৫২ ফংএ। চহি ৬৫।৮৮ ফত্তে। লমদা থাদা পোকপদি চহি ২।১০।৩৩।৪৬ ফত্তে। চহি ৭৬ লল ফংএ। চহি ৭৯ ফত্তে।

## যুগকী ফল

চহিবু ৯ না য়েল্লু, ১ লেম্লবদি রাজযুগনি। নিংথৌ মচানা নিংথৌ ওইএ, অরাম্বনা ফম নাইএ। ২ লেম্বা ধনযুগ, ইচাক-ইরল ফংএ। মীনদি মুংশিদে। ৩ লেম্বা শিলাযুগ, কর্ম্ম য়াম্বা তৌগল্লি। নাদ্রিবৈঙ ফৈ। নারবদি হিদাক লাংথক তৌবদা ফংকন্দে। ৪ লেম্বা কর্ম্মযুগ, অফবা তৌরবদি ফৈএ। ফত্তবা তৌরবদি রাথোকএ। ৫ লেম্বা ছত্রযুগ, অরা-অনা নংগল্লি। ৬ লেম্বা ঋপুযুগ, নানিং-শানিং তৌএ। মীনা কল্লক য়েংথীএ। লম লাপ্লা চৎকল্লে। ৭ লেম্বা চারিযুগ, লংফৈ চৎলে। ৮ লেম্বা জয়যুগ, য়াইফবা ফংএ। ৯ লেম্বা দুঃখযুগ, অরাবা ফংএ।

চহিদগী ১৯ খাইদোকউ ৮ না য়েল্লু অরেম্বা অদু মশাগী মপোক মুমিত্তগী হৌনা থীদুনা তাবা মুমিৎ অদুদা পোকপা মীতিম্নবা ফত্তে।

## বাঙ্গলা তারিখ।

বাঙ্গলা তারিখপু মীতৈনা সংক্রান্তি কৌই, সংক্রান্তি অফবা ৩।৫।৭।৯।১২।১৪।১৬।১৮।২১।২৩।২৫।২৭।৩০।৩২ সংক্রান্তি অসিদা থবক তৌবা ফৈ। মৈ হৌবা সংক্রান্তি ২।১০।২০।২৯ অসিদা ফিরোন লৈরবদি মৈ চাকই। অশিবা সংক্রান্তি ১।১০।১৯।২৮ অসিদা থবক তৌবা অমসুং ফিরোন লৈরবদি অশিবা নংএ।

ৱাকোংবা সংক্রান্তি ৪।১৩।২২।৩১ অসিদা থবক-ইনথাঙ তৌরবদি ৱাকোংএ।

| | | |
|---|---|---|
| (চীংথৈ) লাংজা | (নোংপোক) ফীরান | (মৈরম) মৈখু |
| (অৱাং) শামু | (ময়ায়) শঙ্গায় | (মখা) নোংশা |
| (কৌব্রু) লোলা | (নোংচুপ) তম্ফা | (শন্থোং) লমহুই |

ইংখোল অমদা যুম্ফম ৯ থোকই। মসিগী লাংজা, ফীরান; মৈখু মফম অহুম অসি যুম শাবা ফত্তে।

শঙ্গায় যুম্ফমদগী খৱা হল্লনা তম্ফা যুম্ফমলোমদা চঙশিননা শঙ্গায় যুম্ফমসু খরসু শোক্লা শাগনি। মসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ।

লমহুই, নোংশা যুম্ফমদা শাবা ময়ায় ওইনা ফৈ। লোলা যুম্ফমদি শাবা পাঙদে।

ইংখোল কারন হায়বদি ইংখোল মনিংদগী মমাঙ ফাওবা থৌরী তিংলগা অদুগী তংখাই (ময়ায়) অদুবু ইংখোল কারন কৌই।

ইংখোল কারন হায়বা অসি থোঙজিন বাস্থোকপদা থম্বা অমা নল্লগা যুম জুরিদগী খুবোম অমা চৎথোল্লগা থম্বা ফৈ। জুরিদা থম্বদি অঙাং তাগল্লি, খাংনেনফমদা থম্বদি মা শিগল্লি। ইমুংগী লময়ায়দা থম্বসু অঙাং-নুবী যাম্না নাগল্লি।

## ইংখোল অনেম-অৱাং।

ইংখোলগী নোংপোক্না নেম্নবদি চাওখৎলি। অৱাং নেম্বনা শেল চঙএ। মখা নেম্বদি অশি-অনা নংএ। নোংচুপ নেম্বনা শেল চৎলি।

## পুখ্রি লৈবা।

নোংপোক্তা পুখ্রি লৈবনা মচা পুন্সিদে। মৈরমদা লৈরগা মৈগী অকিবা ফংএ। মখাদা লৈরগা য়েক্লবা য়্যামএ। শম্বোংদা লৈরগা মুপীগা খৎনগল্লি। নোংচুপ্তা লৈরগা মুপী ফত্তে। কোব্রুদা লৈরগা শেল চঙদে। অৱাংদা লৈরগা শেল চঙএ। চিংখৈদা লৈরগা মচা-মশু চাওখৎলি।

## ভাবচিন্তা।

লগ্নদা লৈবা জাগাবু তনুভাব ওই। তনুভাবতাঃ—হকচাং, কুচু, হকচাংগী খুদমনে, পূন্সিনে, অৱাবা, অনংবা, জাৎ, পুকচেল য়েংগনি। ধনভাবঃ—লগ্নদগী থীবদা অনিশুবা কা অদুবু ধনভাব ওই, মাদুদা শেল-থুম, সনা-লুপানচিংবা অমসুং মরুপ্নচিংবা য়েংগনি। সহজঃ—লগ্নদগী অহুমশুবা কা অদুবু সহজ কৌই। ইচিন-ইনাও, মীনাই, মপাগী থবক মাঙবা, মথৌনা লৈবা থবক অসি য়েংগনি। বন্ধুঃ—লগ্নদগী মরিশুবা কা অদুবু বন্ধু কৌই। য়ুম্ফম, মুংঙাইবা, য়াইফবা, মকুপ, লৌ-ইংখোল, বুদ্ধি-লৌশিং য়েংগনি। পুত্রঃ—লগ্নদগী মঙাশুবা কা অদুবু পুত্র কৌই। লল-থুমগী উপায়, মচা, মহৈ, মন্ত্রনচিংবা য়েংগনি। ঋপুঃ—লগ্নদগী তরুকশুবা কা অদুবু ঋপু কৌই। অনাবা, য়েক্লবা, অকিবা, উরিং, মখোঙ (মরি)

পানরগী ব্রাখল, মমাগী ব্রাখল য়েংগনি। জয়া :–লগ্নদগী ৭ শুবা কা অদুবু জয়া কৌই। খংনবা-চৈনবা, ব্রাথোকপা, লম্লোন-তিকপা, মুপীগী মরম পুন্নমক য়েংগনি। নিধন :—লগ্নদগী ৮শুবা কা অদুবু অশিবা মফম কৌই। মসিদা অরিবা পোৎ-চৈ, গী লল, লান শোক্লবা, য়েক্লবা, অশিবা, অমাঙবা, পুক্লিং বা অসিনচিংবা য়েংগনি। ধর্ম্ম:—লগ্নগী মাপলশুবা কা অদুবু র্ম্ম কৌই। মদুদা ধর্ম্ম লৈ, লৈতে, লাইবক কৈ, ফত্তে। ত্রা, শান্নবা, ব্রাখল, রতিনচিংবা য়েংগনি। কর্ম্ম:— লগ্নগী রাশুবা কা অদুবু কর্ম্ম কৌই। মদুদা শেল, পুণ্য, থবক তৌবা, র্মনচিংবা যেংগনি। আয় :– লগ্নগী তরামাথোইশুবা কা অদুবু আয় কৌই। ফৌ-চেং, ললগী মতেং, শগোল, শামু, মুপীগা রূপ ওইবগী বিচার তৌগনি। ব্যয় :–লগ্নগী তরানিথোইশুবা কা অদুবু ব্যয় কৌই। য়েক্লবা, অফা-অপুন, অরা-অনা, শেল পা য়েংগনি।

## মথৎ বিচার।

লগ্নদগী ৪।৭।১০ শুবা মফমবু কেন্দ্র কৌই। মফমশিং দা গ্রহদি মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি।

অদুগা লগ্নদা লৈবা গ্রহনা থোইদোক্না কনবা হেল্লি। গী ৫।৯।১১ শুবা মফমশিংসু মপাঙ্গল কনবা হেল্লি। লগ্নদা লৈরবদি নহা অঙাং ওইরিবা নাগল্লি। মমিৎ নাগল্লি। চন্দ্র লৈরগা হৈ-শিংই, ফজে। মঙ্গল লৈরগা মুংশং

থুংই। পাপ কর্ম্ম তৌই। বুধ লৈরগা মশক ফজৈ। মহৈ হৈ। লমচৎ ফৈ। মাইবগী বিদ্যা হৈ।

বৃহস্পতি লৈরগা নুংঙাই য়াইফৈ। লাইরিক হৈ, দান তৌই। পীজ-পীথক ফৈ।

শুক্র লৈরগা মহৈ হৈ। য়েক খোৎপগী থবক হৈ। শনি লৈরগা নুংশিৎকী লায়না, ধাতু-নুংশংনচিংবা হকচাং শোনবা তৌএ

রাহু লৈরগা পাপকী লম্বেল চৎলি। মমিৎ ঙাঙগল্লি।

কেতু লৈরগা নুংশিৎকী অনাবা পী। মিৎ নাগল্লি। ঙৌদোং লৈগল্লি। রাখল খনগল্লি।

## ধনভাব।

ধনভাবত্তা রবি লৈরগা লাইরৈ। অঙাংবা পোৎ কো-রিদগী পৈশা ফংবা ওই। অরাবা ওই। মতু-মচা তাঙই।

চন্দ্র লৈরগা লক্ষ্মী চেল্লি, পৈশা লৈ। মঙ্গল লৈরগা লৌউবা পক্লৈ। লংফৈ চৎকল্লি, বুধ লৈরগা অচুম্বা রা ঙাঙই লৌশিং শিংই। মরাইবক ফৈ।

বৃহস্পতি লৈরগা ইনাক খুল্লি। শুক্র লৈরগা নুপীগী মরলনা ইনাক খুল্লি, মহৈনা মরল ফংই। শনি লৈরগা কর্ম্ম ফজে। শীং-য়োৎ লল্লোনবা ফৈ। রাহু লৈরগা মতম অয়াম্বা অরাবা ওই। কেতু লৈরগা সম্পত্তি মাঙই। চিন নাই।

## সহজ।

সহজভাবত্তা রবি লৈরগা মনাও মাঙহনবা, মতু-মচা তিম্ন-দবা ওই, মগুণদি লৈ। চন্দ্র লৈরগা নুংঙাইবা ওই। মঙ্গল

লৈরগা পুন্সি শাংই। লৌউবা পক্লে। বুধ লৈরগা লাইবক ফৈ। বৃহস্পতি লৈরগা অফ-ফত্ত য়াম্না য়েৎনৈ। শুক্র লৈরগা মুংঙাই। শনি লৈরগা মতু-মচা য়াম্মী, মুংঙাই। রাহু কেতূ লৈরগা মচিন-মনাও মাঙই। মরাইবক ফৈ।

## বন্ধু।

বন্ধুভাবতা রবি লৈরগা মরূপ মাঙই। সম্পত্তি য়াম্না লৈ। চন্দ্র লৈরগা ফুরা-দলানগী মপু ওই। মঙ্গল লৈরগা মরুপ লৈতে। লৌউবা ফৈ। ময়াং কংই। পুকচেল চুমদে। বুধ লৈরগা মরুপ য়ামই। লল য়াম্না লৈ। বৃহস্পতি লৈরগা পুন্নমক্তা মুংঙাইএ। মীনা চাল্লি। শুক্র লৈরগা অথোইবা মী অমা ওই। শনি লৈরগা মরুপ লৈতে অৱাবা ওই, লৈরগা পাপকী থবক্তা মায় ওনশীল্লি। কেতূ লৈরগা মরুপ লৈতে। অৱাবা য়ামই।

## পুত্র।

পুত্রভাবতা রবি লৈরগা অঙাং ওইরিদৈঙদা মুংঙাই। অহল ওইরগা নাগল্লি। মচা তাঙই। চন্দ্র লৈরগা মরাইবক ফৈ। মঙ্গল লৈরগা লাইরৈ। মচা তাঙই। বুধ লৈরগা মচা য়াম্না ফৈ। বৃহস্পতি লৈরগা মীনা চাল্লি। মতু-মচা য়ামই। শুক্র লৈরগা পীজ-পীথক ফৈ। মচা য়ামই। নাক খুল্লি। রাহু লৈরগা মচা তাঙই। কেতু লৈরগা মুংশিৎকী লায়না লৈগনি। শনি লৈরগা মচা মাঙই। মচা তাঙই।

## রিপু।

রিপুভাবতা রবি লৈরগা ময়াং কংই, য়েরুবা মাঙই, চন্দ্র লৈরগা নুংঙাই য়াইফে। মঙ্গল লৈরগা শাউগল্লি। বুধ লৈরগা য়েরুবা মাঙই। বৃহস্পতি লৈরগা নুংঙাই। শুক্র লৈরগা ফে। শনি, রাহু, কেতু লৈরগা নুংঙাই।

## জায়া।

জায়াভাবতা রবি লৈরগা নুপী ফত্তে। চন্দ্র লৈরগা নুপী ফে। মঙ্গল লৈরগা নুপী মাঙই, শি। বুধ লৈরগা নুপী ফে। বৃহস্পতি লৈরগা পুন্সি শাংই। নুপী ফে। শুক্র লৈরগা ইনাক খুল্লি। অফবা নুপী ফংই। শনি লৈরগা নুপী মাঙই। রাহু লৈরগা নুপী ফত্তে। কেতু লৈরগা পূক্লিং ৱায়।

## নিধন ( মৃত্যু )।

নিধনভাবতা রবি লৈরগা বজ্রনা শোকপা, লিশনা চীকপা পী। চন্দ্র লৈরগা লোক্কী অকনবা লায়নানা ময়াং কংদুনা ৱায়। মঙ্গল লৈরগা লোক্কী অনাবা অমস্থং খুৎশু-খুলায়না শোকপা পী। বুধ লৈরগা অথিনবা পী। বৃহস্পতি লৈরগা অনা-অয়েক অকনবা লৈতে। শুক্র লৈরবস্থ ফে অনা-অয়েক লৈতে। শনি লৈরগা অৱাবা পী। রাহু লৈরগা ফত্তবা মী ওই। কেতু লৈরগা শৌচনচিংবদা ফত্তবা পী।

## ধর্ম্ম ( লাইবক )।

ধর্ম্মভাবতা রবি লৈরবদি ধর্ম্ম ( লাইবক ) ফবা ৱাৎলি। চন্দ্র লৈরগা ধর্ম্ম চেনবা মী ওই। মঙ্গল লৈরগা অনাবা পী।

লাইবক ফত্তে। বুধনা লৈরগা লাইবক ফৈ। বৃহস্পতি লৈরগা ইনাক খুল্লি। ধর্ম্ম লৈ। শুক্র লৈরগা লাই-গুরুদা ভক্তি লৈ। শনি লৈরগা শাউগল্লি। লাইরৈ। রাহু লৈরগা পাপ কর্ম্ম তৌই। কেতু লৈরগা ম্লেচ্ছদগী লাইবক ফবা ফংই। য়াম্না নাগল্লি।

## কর্ম্ম।

কর্ম্মভাবতা রবি লৈরগা মিৎ নাগল্লি। অহল-লমনগী লল য়াম্না ফংই। চন্দ্র লৈরগা ইনাক খুল্লি। ময়াং কংই। মঙ্গল লৈরগা খূৎশু-খুলাই হৈ। শাউগল্লি। বুধ লৈরগা ইনাক কৈরাক খুল্লি। বৃহস্পতি লৈরগা য়াম্না নুংঙাইএ। শুক্র লৈরগা নুপীদগী লল ফংই। মিৎ নাগল্লি। নুংঙাইএ। শনি লৈরগা শাউগল্লি। রাহু লৈরগা রায়। কেতু লৈরগা মপা রায়।

## আয়।

আয়ভাবতা রবি লৈরগা ইনাক খুল্লি। চন্দ্র লৈরগা মরাইবক ফৈ। মঙ্গল লৈরগা মীগী মপোৎ পামগল্লি। মরাইবক ফৈ। বুধ লৈরগা ইনাক খুল্লি। বৃহস্পতি লৈরগা ইনাক খুল্লি। নাগল্লি। শুক্র লৈরগা নোকল্লি। গুণ চেল্লি। শনি লৈরগা ইনাক খুল্লি। রাহু লৈরগা পীজ-পীথক ফৈ। কেতু লৈরগা পুক্তা নুংশিত্তগী পোকপা অনাবা, মতূম লৈগল্লি। মচানা মরাইবক থী।

## ব্যয়।

ব্যয়ভাবতা রবি লৈরগা ফৈগন্দা নাবা লৈ। লল খরদা লৈবা ওই। চন্দ্র লৈরগা নুপী ফামই। মিৎ নাই। মঙ্গল

লৈরগা রাই। বুধ লৈরগা পাপ কর্ম্ম তৌই। বৃহস্পতি লৈরগা অচুম্বা বা ঙাঙই। লাইবক ফৈ। শৌচথোঙদা অনাবা পী। শুক্র লৈরগা ময়াং কংই। মোৎলি। শনি লৈরগা শাউগল্লি। রাহু লৈরগা ধর্ম্ম রাৎলি। লাইরৈ। কেতু লৈরগা চনিঙ, শৌচথোঙ, মিৎতা অনাবা পী। অফবা থবক্তা শেল চৎলি।

## মুমিৎ থুদিংগী দশাগী ফল য়েংবা।

মুমিৎ অদুগী তিথি, নক্ষত্র, বার, মশাগী জন্ম নক্ষত্র মশীং পুন্নমক অসি তিনশিল্লু। অদুগা ৮ না য়েল্লু ১ লেম্বা রবিগী দশানি শেল মাঙই। ২ লেম্বা চন্দ্রগী দশানি ধর্ম্ম অমস্থং লল ফংই। ৩ লেম্বা মঙ্গলগী দশানি খুৎলায়না শোকই। ৪ লেম্বা বুধগী দশানি সম্পত্তি ফংই। ৫ লেম্বা শনিগী দশানি পুক্লিং ফত্তে। ৬ লেম্বা বৃহস্পতিগী দশানি অফবা মঙ্গল ফংই। ৭ লেম্বা রাহুগী দশানি অফা-অপুন নংই। ৮ লেম্বা শুক্রগী দশানি পুক্লিং নুংঙাই। থবক চাওখৎলি। কৃষ্ণাষ্টমী মতুংদগী শুক্লাষ্টমী ফাওবগী চন্দ্র, রবি, মঙ্গল, শনি, রাহু, কেতু গ্রহশিং অসিনা পাপগ্রহনি অদুগা বুধদি পাপগ্রহগা তিন্নরগা পাপগ্রহ ওই। মসি নত্তবা গ্রহনা অফবা গ্রহ ওই। কৃষ্ণপক্ষগী পঞ্চমীদগী, শুক্লা পক্ষগী পঞ্চমী ফাওবা চন্দ্রগী ক্ষীনচন্দ্র ওই।

18486



## রাশি চক্রদা বিচার তৌ

১। বন্ধন যোগ:— চন্দ্র, শনি, রাহু গ্রহ অষ্টম অসি লৈরবদি বন্ধন তৌই।

২। অঙাঙবা যোগ:— লগ্নদা বৃহস্পতি অমসুং লগ্নদগী ৭শুবদা মঙ্গল লৈরদি অমদি লগ্নদা শনি লৈরগা, ৫ নত্রগা ৯ অমসুং ৭ শুবা মফমদা মঙ্গল লৈরিবদি ঙাওই।

৩। বজ্রঘাত যোগ:— মিথুন, ধনু, কুম্ভ, মিন রাশিদা গ্রহ পূর্ণমক লৈরবদি বজ্রনা শোক্তুনা শি।

৪। উদ্বন্ধন যোগ:—মকর নত্রগা কুম্ভ রাশিদা শনি রাহু তিন্ননা লৈরবদি থৌরিদা শি।

৫। বংশনাশ: - রবি, শনি, রাহু অষ্টম অসিনা পূর্ণা রাশি অমদা লৈরবদি শাগৈ মুৎকনি।

৬। লিঙ্গচ্ছেদ যোগ: কর্কট রাশিদা রবি অমসুং মকর রাশিদা মঙ্গল লৈরবদি লিঙ্গ কক্তুনা শি।

৭। বেশ্যাস্ত্রী: লগ্নগী ৭ শুবদা শুক্র (মোৎ অমদনা চন্দ্র) লৈরবদি মুপী অদু বেশ্যা ওই।

রবিশুদ্ধি: - র'বনা জন্ম রাশিদগী ৩।৬।১০।১১ শুবদা লৈরবদি রবিশুদ্ধি ওই। থাগী মুমিৎ ১৩ নিগী মতুংদদি রাশিদগী ২।৫।৯ শুবা মফম অদু রবিশুদ্ধি ওই।

চন্দ্রশুদ্ধি:— জন্ম রাশিদগী ১ (হায়বদি জন্ম রাশি) ৩।৬।৭। ১০।১১ শুবা লৈ, চন্দ্র অদুবু চন্দ্রশুদ্ধি অমসুং থা শেংবা কৌই।

রবিশুদ্ধি, চন্দ্রশুদ্ধি লৈবা নুমিৎ অদুদা থবক তৌবদা পুন্নমক মঙ্গল ওই।

## ঘাতচন্দ্র ফত্তবা নুমিত্তা চন্দ্র লৈবা

মেষ রাশিদা পোকপা মীদি খুৎপায়দা য়েংউ। চন্দ্রনা মেষ রাশিদা লৈবা মতম অদু ফত্তে। বৃষ রাশিগীনা কন্যা রাশিদা চন্দ্র লৈবা মতম অদু ফত্তে।

মিথুন রাশিগীনা কুম্ভদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। কর্কট রাশি-গীনা সিংহদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। সিংহগীনা মকরদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। কন্যাগীনা মিথুন্দা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। তুলাগীনা ধনুদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। বৃশ্চিকগীনা বৃষদা চন্দ্রনা লৈবা নুমিৎ ফত্তে। ধনুগীনা মিনদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। মকরগীনা সিংহদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। কুম্ভগীনা ধনুদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। মিনগীনা কুম্ভ রাশিদা চন্দ্র লৈবা ফত্তে। মসি তাবা নুমিৎ অদু লংফৈ চৎপা, য়ুম যাত্রা হুনবা, শঙ্গাবা, লুহোংবা পুন্নমক ফত্তে॥

## স্পন্দন

(হকচাংদা চোংবগী মহৈ)

নিপাগীনা য়েৎ থংবা হকচাং চোংবা ফৈ। নুপীগীনা ওই থংবা হকচাং চোংবা ফৈ। নিপাগী ওই চোংবা, নুপীনা য়েৎ চোংবা ফত্তে।

## হকচাংগী মফম অয়াম্বা চোংবগী মহৈ।

১। কোক্তা চোংলগা নিংথৌনা ফাওবা ঈকায়-খুম্নবী।
২। লাইবক্তা চোংলগা অফবা মঙ্গল অমসুং অচা অথক ফংই।

৩। পিশুম চোংলগা মুংশিবা উনবা ফংই। ৪। য়েৎ-থংবা মিৎ চোংলগা শেল ফংই। অদুগা মরুপ উনৈ। ৫। য়েৎ-থংবা মিৎখা চোংলবদি অরা-অনা নংই। ৬। ওই থংবা মিৎ চোংলগা লল মাঙই। মী থৎনৈ। নৈমা-নিংথৌদগী অকি-অখঙ ফংই। ৭। ওই-থংবা মিৎথক চোংলবদি লল ফংই। ৮। মিৎ মন্নাই চোংলবদি অশিবা নংই। ৯। নাতোন চোংলবদি অশিবা নংই। মতেক ময়াদা শোক্কন-পনগনবা ওই। ১০। যেৎথংবা নাতোনগী মনুং চোংলবদি হকচাং নাই। ১১। ওই থংবা নাতোনগী মনুং চোংলবদি অশিবা পাউ তাই। ১২। চিনবান চোংলবদি খঙহৌদনা অনাবা ফংই। ১৩। নৈ চোংলবদি মখল-মখা অযাম্বা পোৎ ফংই। ১৪। ভৌ চোংলবদি মী খৎনৈ। পোৎ-চৈ ফংই। ১৫। য়েৎ থংবা না চোংলবদি মহৈ মশিং ফংই। ১৬। ওই থংবা না চোংলবদি কোক্তা নাই। ১৭। না অনিমক চোংলবদি লল ফংই। ১৮। য়েৎ থংবা লেংবান চোংলবদি সনা ফংই। ১৯। ওই থংবা লেংবান চোংলবদি পোৎ-চৈ খজিক্তং ফংই। ২০। লেংবান অনিমক চোংলবদি কোক্তা থাংনা ককথৎখি। ২১। খোরী চোংলবদি অকম অমসুং পুকচৎপা ফংই। ২২। থবাক চোংলবদি হকচাং পুম্নমক নাই জয়দি ওই। ২৩। নঙ্গল চোংলবদি খিল্লি মায়থীবা ফংই। ২৪। খোমদা চোংলবদি লল ফংই। ২৫। পাম্বোম চোংলবদি মরুপ মুংশিনৈএ। ২৬। পুক্তা চোংলবদি লাইবক ফবা অমসুং মচা ফংবা ওই। ২৭। য়েৎথংবা

খুৎ চোংলবদি পাঙ্গল কনবা হেল্লি। ২৮। ওইথংবা খুৎ চোংলবদি মী খৎনৈ। ২৯। খুয়ায় চোংলবদি য়েক্লবা মীগা চান্নে। ৩০। ফৈবোম চোংলবদি ফত্তবা পাউ তাবা ফংই। ৩১। খ্বাং চোংলবদি পূক য়েক্কুনা নাই। ৩২। খোইদৌ চোংলবদি ফত্তবা মঙ মঙই। লৈফম থাদোকই। ৩৩ থুল চোংলবদি কোক থাংনা চিংবনা ককথৎলি। ৩৪। অমাংবগী থোং চোংলবদি মী খৎনৈ। লাপ্না চৎলি। ৩৫। খুদোল চোংলবদি অথাবা পোৎ চাই।

## জ্যেষ্ঠী পতন

### ( চুম তাবা )

চুম তাবা হায়বা অসি ওইথংবা হকচাংদা তাবা নৈ। য়েঙ্গা তাবা কত্তে।

১। কোক্তা চুম তারবদি সম্পত্তি চাউখৎলি। ২। নাদা তারবদি লৈতেংনবা পোৎ ফংই। ৩। মিত্তা তারবদি মরুপ তিন্নৈ। ৪। সাতোন্দা তারবদি মনম মুংশিবা পোৎ ফংই। ৫। চিন্দা তারবদি অথুম্বা পোৎ চাই। ৬। খোরিদা তারগা নীংবা থুংই। ৭। খোমদা তারগা লাইবক ফবা ওই। ৮। থবাক্তা তারগা মী খৎনৈ। ৯। নঙ্গন্দা তারগা লৈপাক ফংই। ১০। নাকন্দা তারগা মরুপ উনবা ফংই। ১১। খ্বাংদা তারগা ফিজেৎ ফংই। ১২। অমাংবগী থোংদা তারগা শিএ। ১৩। ফৈবাক্তা তারগা তোংনবা পোৎ ফংই। ১৪। ফৈবোম অমম্মুং খুকউদা তারগা লল মাঙই। ১৫। খোঙদা তারগা কোইনা চৎলি। পুক্লিং য়াম্না মুংঙাইবা বল পীএ॥

## ক্কাক খোংবা।

## ( কাক চরিত্র )

(ক) অযূক্কী পুং ৯ রোম তাবা ফাওবগী মন্নুংদা।

১। ক্কাক্কা নোংপোক্তা খোংলবদি নীংবা থুংই। মরুপ মপাং ফংই। মাঙখিবা পোৎ ফংই। ২। মৈরমদা খোংলবদি নুপী ফংই। যেরুবা মাঙই। ৩। মখারোমদা খোংলগা নুপী ফংই। চান্নবগা তিন্নৈ। নুংঙাইবা ফংএ। ৪। মোইরাং-লাইজিদা খোংলগা অহাওবা চাই। মী খঙনৈ। নীংবা থুংই। মরুপ অমস্তুং নুপী ফংই। ৫। নোংচুপদা খোংলগা পূজা তৌবা য়াবা মী লাকই। ৬। কৌব্রুদা খোংলগা নুংশিবা মী তিন্নবা অমস্তুং নিংথৌ খুরম্বা ওই। ৭। চি থৈদা খোংলগা অনীংবা অমদি নুংশিবা মী তিন্নবা, মী য়াম্না তিনবা ওই। মৈগী অকিবা ফংএ। ৮। অরাংদা খোংলগা সম্পত্তি ফংএ।

(খ) পুং ৯ তাবদগী নুমিৎ যুংবা মন্নুংদনা।

১। নোংপোকদা কাকনা খোংলবদি লম্বী চৎপা, মী হল্লকপা, অরাবা, হুরানবগী অকিবা য়াম্না চিংনবা ফংই। ২। মৈরমদা খোংলগা মী খংনবা ওই। নুপী ফংই। চান্নবা মী লাকপগী পাউ তাই। ৩। মখাদা খোংলগা য়াম্না অকি-অখং ফংই। চান্নবা মী তিল্লি। ৪। মোইরাংলাইজিদা খোং-লগা থরায় শোক্না কিবা ওই। নুপী ফংই। অনাবা কোকপা ওই। ৫। নোংচুপ্তা খোংলগা নুপী তিন্নৈ। নোং অমস্তুং মৈদগী অকিবা ফংই। ৬। কৌব্রুদা খোংলগা দুত লাকই।

সুপী ফংই। মাল-চাং ফংই। হূরানবা লম্বী চৎপা মীগা তিন্নবা ওই। ৭। অরাংদা খোংলগা লল ফংই। নীংবা মী লাকই। মখোল য়াক্লা খোংলবদি হূরানবদগী অকিবা ফংই। ৮। চিংখৈদা নীংথিজনা খোংলবদি গুরুগী সুপী লাকই। জয় ওই। মখোল য়াংনা খোংলবদি মীপাইবা নংই। মৈ অমসুং হূরানবগী অকিবা ফংই।

(গ) নুমিৎ য়ুংবরোমদগী নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ৩ রোম তাবা মতমদা—

১। ক্বাকনা নোংপোক্তা নীংথিনা খোংলবদি নীংবা থুংই। জয় ওই। অয়াকপা খোঞ্জেন্না খোংলবদি নোং অমসুং হূরানবগী অকিবা ফংই। ২। মৈরমদা নীংথিনা খোংলগা অফবা পাউ তাই। তানীংদবা, অয়াকপা খোঞ্জেন্না খোংলগা খৎনৈ। য়েরুবা পাউ তাই। ৩। মখাদা খোংলবদি থুনা অনাবা ওই। মহাক্কী মীস্তু লাকই। থবক মচা-মচা সিদ্ধি ওইদুনা পূম্নমক অফবগী মওংদা পাংথোকই। ৪। মোইরাংলাইজি সন্থোংদা খোংলগা অহাউবা চাই। য়েরুববু জয় তৌই। শূদ্রব্যক্তি লাকই। য়েরুবা পাউ তাই। যাত্রা তৌদুনা চৎলবদি থবক যাওই মঙ্গল লৈতে। ৫। নোংচুপ্তা খোংলগা অমাঙবা পোৎ ফংই। মরুপ লাকই। লাপ্না চৎলি। অপাম্বা অমসুং জয় ওইবগী পাউ তাই। কনাগুম্বা নুপী অমসু লাকই। অদুগা যাম্না নীংথিনা খোংলবদি যাত্রা ফৈ। ৬। কৌব্রুদা খোংলবদি মদুগী নুমিৎ অদু অতিংয়াদা নোংনা কুপকনি। অমাঙবা

ফংই। চান্নবা তিন্নবা, অথুম্বা ব্রা তাবা, হূরানবা লাকপা, ফজবা নুপী ফংবা, যাত্রাসু কৈ। অয়াকপা খোঞ্জেম্না খোংলবদি ফত্তে। ৭। অৱাংদা খোংলবদি লল ফংই। চান্নবা ফংই। যাত্রা কৈ। অফবা পাউ তাই। ৮। চিংখৈদা নীংথিনা খোংলবদি জয় ওই। অয়াবপা খোঞ্জেম্না খোংলবদি অমাঙবা অমসুং খৎনবা চৈনবা ওই।

(ঘ) সুংথিল পুং ৩ লোম তাবদগীনা মুমিৎ তাবা কাউবা—

১। নোংপোক্তা খোংলবদি অকিবা চাউখৎলি। নাই। লল ফংই। ২। মৈরমদা খোংলবদি অকিবা ফংই, অশিবা নংই। ৩। মখাদা খোংলবদি য়েক্নবা ঙমই। অনাবা অশি-বদগী অকিবা ফংই। ৪। মোইরাংলাইজিদা খোংলবদি নীংবা থুংই। লম্বেন্দা হূরানবগা খংনৈ। ৫। নোংচুপ্তা খোংলবদি লল ফংই। জয় ওই। ব্রাহ্মণ অমদি নুপী লাকই। ৬। কৌব্রুদা খোংলবদি চান্নবা নুপী লাকই। মতম খরগী মনুংদা লংফৈ চৎকনি। ৭। অৱাংদা খোংলবদি মঙ্গলগী পাউ তাই। লল ফংই। যাত্রা তৌবদা অফবা মঙ্গল ফংই। য়ুমদা নাই। নারবদি শিগল্লি। ৮। চিংখৈদা খোংলবদি মনাগী পাউ তাই। অদুগা য়ুমদা অনাবা লৈরবদি শি।

## নুপীগী গর্ভ চণ্ডলে খণ্ডনবা।

থা অহুমগী মনুংদা নিপানা খোঙ হাকচরবদি নুপী অদু গর্ভ চণ্ডলে খণ্ডগনি। হায়রিবা মতম অসিদা নিপানা মিংসেল মিৎ নহা অনি লোংলবদি গর্ভ লৈরে খণ্ডগনি।

খোঙ য়েং হাকচরবদি নিপানি। ওই হাকচরগা মুপীনি। মিং য়েংকী মিং নহা অদু লোংলগা নিপানি। ওইগী মিং নহা লোংলগা মুপীনি। য়েং লুম্লগা নিপানি। অসুম্না খঙগনি।

## মুংথিল লুহোংবা ফত্তে।

মুংথিলদা লুহোংলবদি মুপী অদুনা মচা কায়নবা অমস্তুং চাক্লিবা মৈগী মথক্তা লৈবগুম্না অমস্তুং মপুৱোইববু মাঙহনবা ওই।

## মঙগী ফল।

রাশি খেন্নবা মতুং ইন্না মঙগী ফল খেন্নৈ। অনাবা, চিন্তা তৌবা মীগীদি মঙ মঙবদা অরেম্বা ওই। হকচাং শেংদবগী মঙ অমস্তুং শেংদবা শয্যাদা তুমলবদি ফত্তবা মঙ মঙই। লশিং উং শরু নত্তবা অঙৌবা পোং মঙদা উবা ফৈ। শামু, শল ব্রাহ্মণ, লাই উবা ফৈ। অমুবা পোং উবা ফত্তে।

## মঙদা মুংঙাইরম্বা।

মেষ—অৱাবা ফংই। বৃষ—মরুপ তিল্লি। মিথুন—লং ফংই। কর্কট—লল ফংই। সিংহ—মরুপ উই। কৈন্যা—মুংঙাই। তুলা—পোং-চৈ ফংই। বৃশ্চিক—মচিন মনাও ৱা নত্ত্রগা মৱী মতাগী অৱাবা ওই। ধনু—নাই। মকর - তিন্নং ওই। কুম্ভ—শূন্য ওই। মীন—অনাবা ওই।

## ঈশিং উবা।

মেষ—অৱাবা ওই। বৃষ—অশীবা ফংই। মিথুন—শূং ওই। কর্কট—হকচাং মুংঙাই। সিংহ—য়েন্নৈ। কন্যা—মায়থ

তুলা—অৱাবা ওই। বৃশ্চিক—ঈকায় খুমনৈ। ধনু—নাই। মকর—তিন্নবা ওই। কুম্ভ—শূন্য ওই। মীন—অনাবা ওই।

**মগুদা ঈশিংদা হিংজুনা লৈবা জীব উবা।**

মেষ—অশিবা ফংই। বৃষ—অফা-অপুন নংই। মিথুন—লল ফংই। কর্কট—পূক্লিং ৱাই। সিংহ—অকি-অখং ওই। কন্যা—লল মাঙই। তুলা—মশামক মাঙই। বৃশ্চিক—পুন্সি চিংশিনবা ওই। ধনু—অফবা পাউ তাই। মকর—ৱাই। কুম্ভ—নাই। মীন—শূন্য ওই।

**মগুদা ফূরা-দলাল উবা।**

মেষ অকিবা ফংই। বৃষ—অকনবা সুংশি হৈতবা ওই। মিথুন—অমাঙবা ওই। কর্কট—লল ফংই। সিংহ—কোই। কন্যা—অফবা পাউ তাই। তুলা—মহৈ য়াল্লি। বৃশ্চিক—জয় ওই। ধনু—য়াইফৈ। মকর—পূক্লিং লাংতক্লে। কুম্ভ—সফল (মহৈ য়াল্লি)। মীন—শূন্য ওই।

**মগুদা লৈফম হোংবা।**

মেষ—চিংনবা ওই। বৃষ—হকচাং সুংঙাই। মিথুন—পাউ তাই। কর্কট—মরুপ মাঙই। সিংহ—সুংঙাইবা ফংই। কন্যা—মীনা য়েক্লে। তুলা—মাঙই। বৃশ্চিক—ঈকায় খুমনৈ। ধনু—শূন্য তাই। মকর—শাউনিংবা পোকই। কুম্ভ—অফা-অপুন্দগী অকিবা ফংই। মীন—অফবা পাউ তাই।

**মগুদা মৈ উবা।**

মেষ—ৱাই। বৃষ—অতিথি ফংই। মিথুন—লল চাওখংলি। কর্কট—নাই। সিংহ—মাঙই। কন্যা—অৱাবা ফংই। তুলা—

পাউ তাই। বৃশ্চিক—নাই। ধনু—পাউ তাই। মকর - পাউ তাই। কুম্ভ—পুক্নিংদা অকাউবা ওই। মীন—থৱায় শোকই।

## মঙদা হাৎপা উবা।

মেষ লুহোংই। বৃষ মকুপ ফংই। মিথুন - ফত্তবা মী তিমৈ। কর্কট - লল ফংই। সিংহ—নাই। কন্যা - পোৎ চৈ ফংই। তুলা লল ফংই। বৃশ্চিক পাপ চেনবা থবক তৌই। ধনু - শি। ঈকাযবা নংলবসু শিবনি। মকব—মনা ফংই। নুংঙাই। কুম্ভ - শূন্য ওই। মীন পোৎ চৈ ফংই।

## মঙদা লান উবা।

মেষ—ঈকায়বা নংই। বৃষ অকিবা ফংই। মিথুন - প্রেম ফংই। কর্কট - চাউখৎলি। সিংহ - হিংসা ফংই। কন্যা - অফবা পাউ তাই। তুলা য়েক্নৈ। বৃশ্চিক - কর্ম্ম ফংই। ধনু নুপী ফংই। মকর পাউ তাই। কুম্ভ যেক্নবা মাঙই। মীন - জয় ওই।

## মঙদা অনাবা উবা।

মেষ - মায়থীবা ফংই। বৃষ - জয় ওই। মিথুন - খৎনবা। কর্কট—লল মাঙবা। সিংহ - মনা ফংবা। কন্যা—লল ফংবা। তুলা—য়েৱবা মাঙবা। বৃশ্চিক ৱাথোকপা। ধনু—নাবা। মকর জয় ওইবা। কুম্ভ—য়াম্না নুংঙা বা। মীন - পোৎ ফংবা ওই।

## মঙদা কপ্পা।

মেষ কাযনবা নংই। বৃষ অকিবা নংই। মিথুন—নুংঙাই। কর্কট অৱাবা ওই। সিংহ ঈকায় খুম্নবা। কন্যা—

মী খৎনবা। তুলা—নুংঙাইবা। বৃশ্চিক—চৈবা ফংই। ধনু—অকিবা ফংবা। মকর—মরুপ মাঙবা। কুম্ভ কোইবা। মীন—পাউ তাবা ওই।

## মণ্ডদা কিরম্বা।

মেষ—কর্ম্ম ফংই। বৃষ—অৱাবা ফংই। মিথুন—ফত্তবা ৱাখল খল্লি। কর্কট—লাইবক ফৈ। সিংহ—নাবা। কন্যা—ললফংবা। তুলা—মীনম্বা ফল ফংই। বৃশ্চিক—মীনম্বা ফল ফংই। ধনু—পাউ তাই। মকর—খৎনৈ। কুম্ভ—পূক্নিং ৱাই। মীন পি তাই।

## ত্রিপুষ্কর যোগ।

পুনর্ব্বসু, উত্তরাষাঢ়া, কৃত্তিকা, উত্তরফল্গুনী, পূর্ব্বভাদ্রপদ, বিশাখা নক্ষত্রশিং অসিনা পানবা।লৈবা। নুমিত্তা নোংমাইজিং, লৈপাকপোকপা, থাংজ নুমিৎ ওইরবা তিথিনা নিনি পানবা, তরেৎনি পানবা, তরানিথোইনি পানবা নুমিৎ অসিদা মী শিবা থোক্লবদি ত্রিপুষ্কর যোগ কোই। ১। ফলদি—নুমিত্তা তারগা মহৈ মরোং, মচা মাঙই। ২। তিথি দোষনা লল-থুম শল ইরোই মাঙই। ৩। নক্ষত্র দোষনা শাগৈ মাঙই। অহুম্মক পূন্না তারবদি অশিবা, অমাঙবা হেনগৎপা, শরুক অহুম ফংগনি। কোক্লবা প্রতিকার তৌ।

## ত্রহস্পর্শ

নোংমদা তিথি ৩ অহুম থোক্লবদি ত্রহস্পর্শ কোই। করিগুম্বা লাইরিক্তনা তিথি অমনা নুমিৎ ৩ (হুমনি) শোকপবু

ত্রহস্পর্শ কৌই। হৌজিক্তি ময়াম্না লৌনরিবদি নোংমদা তিথি অহুম শোক্লবা অসিনা লৌনৈ। ত্রহস্পর্শ ওইবা নুমিত্তা যাত্রা-নচিংবা অফবা থবক তৌবা ফত্তে।

## য়ূমদা উচেক তোংবা।

লাংজা, উরোক, লমখুনু মকু, উমাইবী, খুনুগ্রং, কাকয়েন, অঙৌবা লময়েন মসিনা য়ূমদা তোংলবদি পক্ষ ১গী মনুং নত্রগা থা ১গী মনুং নত্রগা চহি ১ গী মনুংদা য়ুমু অমদি মচা শিবা অমসুং লল-নচিংবা ওই। প্রতিকার :— য়ুম অদু ব্রাহ্মণদা কংথোক্লগা শান্তি তৌগনি। তৌরোই হায়রগা য়ূমগী মমল অদু ব্রাহ্মণদা দান তৌগনি। য়ুম অদু শান্তি তৌগনি।

অহানবা শরুক লোইরবা॥

# অনিঙবা শরুক

## [ ২য় খণ্ড ]

### নুমিৎ ৭গী মমিং

### ( মৈতৈ—বাঙ্গলা )

নোংমাইজিং—রবিবার। নিংথৌকাবা - সোমবার। লৈপাক-পোকপা—মঙ্গলবার। যুমশকৈশ—বুধবার। শগোলশেল—বৃহস্পতিবার। ইরাই—শুক্রবার। থাংজ—শনিবার।

### পোকপা নুমিৎকী ফল।

নোংমাইজিং পোকপা মীদি—মতৌদি শামুগী মতৌনে। শীকলিঙৈদা ৱা য়ামদে। পোকপা ৱাগদে। ৱাতা নুমি। মীনা ঙাঙবা ভূনিন্না তাবা হৈনদে। কামজাও ভন্না চৎপা কে। মমা মপানা থিবা মতু চান্নগদে। শাউরবদি গমাঙদা খাঙবা ঙমদে। মচা রাম্না পোক্কে। মীনা খঙবা য়াম্মি। মীনা নম্বা ঙমদে! মন্ত্র যন্ত্র খঙগল্লি।

নিংথৌকাবা পোকপা মীদি - মপুক মরিন [illegible]। মচু পানগল্লি। শাউরবস্ত ধুনা নেম্মী। তোঈনা নাগদে। [illegible]-লুকনা চৎপা হৈনদে। পূরিং মুংশিবা য়াম্মি। তা খুদিং চিকপা, ঈনা হকচাংদা চাইনা নুংঙাইতবা পীবা অ[illegible]স্ত লৈগল্লি।

লৈপাকপোকপা পোকপা মীদি— মপুক মরীন [illegible]। লিংজেন খাই। নিপা নুপী শকল্লি। মীঙোন্দা নোনবা হৈনদে।

মী অপূম্বনা চাল্লি। মীনা খঙবিবা য়াম্মি। লাইরিক লাইগু কয়া পাঙদে। মীগী মপী-মপা ওইগল্লি। লাইবু নীংই। মচিন্দা লাই তোংএ। কম অচৌবা কংগল্লি। হন্না হন্না ইমুংগী অহল ওইগল্লি। অহল-লম্মন্না থিবা নুপী চান্নগন্দে। মচা নিপানা হান্না পোক্কল্লি। খোঙ-খুত্তা চৈকম লৈগল্লি। অচেৎপা অনাবা লৈগল্লি। হৈ-শিংই। শাগৈনা য়েরৈ। মমৈদা অফবা ওই।

য়ুমশকৈশ পোকপা মীদি—খৌ, চিন য়াংই। খোইজেল লিংজেন, খোইগল্লি। মমা মপাগী লল কঙগন্দে। থবক নানখোকপা হৈ। লিংজেন্দি মীনা কবগা ফৈ। মীনা কল্লগা ফক্তে। মীবু কিদে। লাইবু কি। নুপীনা পামগল্লি। অহানবদা য়াগল্লি। মমৈদা ফৈ।

শগোলশেল পোকপা মীদি—উচিগী চাকচা ওই। চিন য়াংই। পূকসু য়াংই। অফবা অচৌবা ওইগল্লি। মীনা থৌদারবদি শূনিংদে। মচা য়াম্না পোকএ নত্রগা পোক্তে। য়া হায়দোক্কনা থম্বা হৈ। মপুক ফৈ। লৌশিংনা পাঙ্গল চাউই। ইনাক খুল্লি। 'লাইবু নীংই। ময়ায়দা ঈরাক্রবা লৈ। মীনা লাকচবা য়াদে। নাপন য়াংই। মহৈ হৈ। মাগী মতৌবু মীনা কুম্মৈ ওই।

ইরাই পোকপা মীদি—মচু পাল্লি। নোংশাগী মতৌনি। ঙৌখিগল্লি। চাবা থকপা কম্থি চাউই। খোইজেন লিংজেন থাই। শোন্দম নাদম থরা তৌগল্লি। লাংকম কুংই। পুক্লিং চরাং খোয়রাংনগল্লি। লৈমা নিংথৌ চান্নবা কয়া পাঙদে। মরুপ

মপাংগী হোৎনৈ। পূক্লিং তপ্না চন্দ্রবদি মীওই ফত্তে। মীগী লাংদা থুগল্লি। লাইবু নিংই। মতু অহানবা চান্নগন্দে। মিহুল থগৎপা অমা লৈগল্লি। ৱা ঙাঙবা হৈ। থোইগল্লি।

থাংজ পোকপা মীদি—মরু লুক্না চৎলে। পীক্লিঙৈদা য়োকপা ৱাগল্লি। মচি ময়া পানবা অমস্নুং মৈনা, ঈশিংনা য়েংথি। খোইজেন লিংজেন খাই। শাউরগা কপকল্লি। শাউ-ৱবস্নু থুন ফৈ। মীঙোন্দা পীজবা পান্মুদে। মীগী পাঙ্গলচাগন্দে। লাইনীংদ্রবদি ৱাগল্লি। হৈজরবদি পণ্ডিত ওই। থবক অপূম্বদা চিৎথদে। মাগী শরুক নীংথিনা তম্বিদে।

থা ১২ গী ফল।

শজিভূ থাদা পোকপদি—মহৈ-মশিং হৈ। মশক-মতৌ ফজৈ। মী অফবা ওই। অপাৎ-অনোম তৌগল্লি। মমাঙদা থাঙহুনা লৈবা ঙমদে। তুংদা ঙাঙনৈ। মীনদি চাল্লে। লৌশিং শিংএ। অচৌ-অশাং খনবা পক্লৈ। কুলৈ কুচু ওই নুপী-মুপা পক্লৈ। চহি ১।৪।১৫।৩০।৩৫ ফত্তে মৈ ঈশিংদা অৱাবা নগংল্লি। অৱা-অনাস্নু লৈ।

কালেন থাদা পোকপদি—মী অফবা ওইগল্লি। মপূক কল্লক-কঞ্জাওই। অচৌ-অশাং খনবা পক্লৈ। নুপী-মুপা অঙৌবা পক্লৈ। চহি ২।৪।৭।১০।১১।১৫।২৫।৩৬।৪৬।৭৮ মত্তম অসি অৱা-অনা থোক্কল্লি।

ইঙা থাদা পোকপদি—চাবা থকপা ৱাৎকন্দে। নুপী ঙাংঙ্নবী লৌরবদি মচা শিগল্লি। অমুবী লৌরবদি শিরোই। চহি ২।১৪।২৮।৪৫।৪৭।৫৬ দা লাংফম লৈ। চহি ৭২ দি য়াল্লা কৈ।

ইঙেল থাদা পোকপদি—লাইরিক হৈ। য়েকপা খোংপা হৈ। নীংবা থুংগল্লি। পুক্নিং লৌশিং চাউই। মথক মখা খাঙবা ঙমদে। নুপী অঙৌবী পক্লে। অমুবী লৌরবদি অনিদা চান্নে। চহি ৩।২৭ ফত্তে। চহি ৪৬ লল ফংগনি। চহি ৫৭ ফত্তে। চহি ৬৫ লল ফংগনি। চহি ৭৭ ফত্তে।

ৱাথল থাদা পোকপদি—মশক মতৌ ফজে। লল য়ম্না ফংদুনা নুংঙাইএ। অচৌ-অশাং লৈমা নিংথৌগা ঙাই ওইগল্লি। ইনাক খুল্লি। নুপী অঙৌবা পক্লে। লল্লোনবা তোংগন্দে। মরেপ নেম্বা নুপীদি পক্লদে। চহি ৪।১৫।২১।৩১ ফত্তে। চহি ৪৬।৪৮ লাংফম লৈ।

লাংবন থাদা পোকপদি—অহানবদা ৱানা পাঙগা মমৈদা য়াম্না নুংঙাইবা ওই। মশক মতৌ ফজগনি অপাইবা ৱাখলসু হৈ। নুপীদি অঙৌবা পক্লে। চহি ৭।২১।৩৬ ফত্তে। চহি ৫৫ লল ফংএ। চহি ৫৮ ফম নাই। চহি ৬২ অৱাবা ফংহ। চহি ৭৮ পাংদে।

মেরা থাদা পোকপদি—অচা-অথক ৱাত্তে। ফম নাই। লৌ ইংখোল পক্লে। মমা মপাগী য়ুমফম ফংএ। মীনা যেংথি। অঙম-অথৌনা চাল্লি। নুপী অনিদা চান্নগনি। নুপী অঙৌবী পক্লে। চহি ৪।৬।১০।২১।৩১।৫৭।৮১ ফত্তে।

হিয়াঙ্গৈ থাদা পোকপদি—চাবা থকপা ৱাত্তে। হৌরকপা ৱাই। লাই নিঙই। অহন ওইরগা নুংঙাই। খুৎ-শা য়াম্না হৈ। লল্লোনবা পরদে। লৌ ইংখোল পক্লে। নুপীদি মেম্ মানবী

তোঙ্গানবী পক্লে। চহি ৩।৭ ফত্তে। চহি ৮ কৈ। চহি ১৬ পাঙদে। চহি ২৭।৪৪ ফৎতে। চহি ৫৭ ফত্তে।

পোইন্নু থাদা পোকপদি:— অফবা ওই। লৌ উগল্লি। লম থাপ্পা চৎপা ফত্তে। মচিন-মনাও চান্নগন্দে। মীনা য়েক্নগল্লি। শাগৈনা য়েংথীএ। মুপীদি ঙৌনা ঙাঙবী পক্লে। চহি ৭। ১৪। ৪২। ৪৬। ৫৫ দশা পাঙদে।

ৱাকচিং থাদা পোকপদি :— অচৌ-অশাং খনবা, মশাদা খুদম লৈ। নহা ওইরিঙৈদা অনা-অয়েক য়াম্না তৌগল্লি। লৌনম্বা ৱা হায়বা হৈ। মীনা লাকচবা ঙমদে। মুপীদি মূরৈ ঙাঙলৈনবী পক্লে। চহি ১। ২। ৭। ৪ ফত্তে। চহি ২০। ২৬ কৈ। চহি ৩১ ফত্তে। চহি ৪৫ লল ফংএ। চহি ৪৮ ফম নাইএ। চহি ৫৮ ফত্তে। চহি ৬১। ৮০ ফত্তে।

ফাইরেন থাদা পোকপদি :— মহৈনা ফম নাইএ। ইনাক খুল্লি। মীঙোন্দা পীজ-পীথক কৈ। অহানবা খরা হোদোকই। মমৈদা য়াম্না মুংঙাই। শাগৈনা, ঙাইনা চাল্লে। শাউগল্লি। শূবা চৎপা মীঙোন্দা হংগন্দে। মনিং তম্নগল্লি। মুপীদি অমূবী পক্লে। অঙৌবী লৌরবদি মুপী মপুক য়ামই। চহি ২। ৭। ২৭। ২৯ লাংফম লৈ। চহি ৫২ লল ফংই। চহি ৬৫। ৮৮ ফত্তে।

লমদা থাদা পোকপদি :— অচা-অথক ৱাৎলোই। অচৌ-অশাংনা চাল্লি। লল্লোনবা লৌ উবা পক্লে। নহা ওইরিঙৈদা চিঙ্গাক ৱাত্তে। অহল ওইরগা খরা ৱাৎলি। মুপীদি তোংগান্নবী

পক্লৈ। চহি ২।১০।৩৩।৪৬ ফত্তে। চহি ৭৬ লল ফংএ। চহি ৭৯ ফত্তে।

## রাশি ফল।

মেষ রাশিদা পোকপা মীদি :- পুক্লিং তয়াং-তশোয়নগল্লি। কেথোক-মৌথোকল্লি। বা য়াম্না ঙাঙগল্লি মমুং-মনুংদা লৈবা মীগা পুকচেল খোইজেন তিন্নগন্দে। ললথুমদি লৈগল্লি। মীঙোন্দা পীজ-পীথক ফৈ।

বৃষ রাশিদা পোকপদি :— বা য়াম্না ঙাঙগন্দে। মশক মতৌ ফজগল্লি। মমিৎ খরা লাওগল্লি। মতু খরা চোমগল্লি।

মিথুন রাশিদা পোকপদি :– মফৗ-মরোল মোংকল্লি। মার্নদ য়াম্না নানবা পাম্মী। থবক্লা উৎতৈনগী থবক তৌগল্লি। ঈশৈ পামই। মীগী ফনবা কান্নবা তৌই। তম্না চৎকল্লি। লাইরিক হৈগল্লি।

কর্কট রাশিদা পোকপদি :— ইনাক খুল্লি। লাই নিঙগল্লি। শাগৈগী থাংমৈ ওই। মশক-মতৌ ফজৈ। লোক্না মুংশিংকা য়েৎনবা অনাবা চেনগল্লি।

সিংহ রাশিদা পোকপর্দি :— মরুপ-মপাং ব্রাৎলি। বন্দ চৎপা পাম্মী। শা-ঙা পাম্মী। মুপীবু লুনা তৌই। মহৈ হৈ। পূকলাম্বগী অব্রাবা ওই। রাগ চাউই।

কন্যা রাশিদা পোকপদি :– পুকচেল নৌই। মুংঙাই। ধর্ম্মদা পুক্লিং চঙই। হৈ শিংই। লমচৎ ফজৈ। মশক মতৌ ফজৈ পুকচেল পীকই।

তুলা রাশিদা পোকপদি :— মশা নাওশোৎন্নে। দান তৌবা পাম্মী। মরুপ-মপাংগী কান্নবা তৌই। পাঞ্জৌগী মরম থঙগল্লি। পূক্লিং তয়াং তশোয়নগল্লি।

বৃশ্চিক রাশিদা পোকপদি:— মী য়াম্না তিল্লি। দান তৌবা পাম্মী। থম্মোয় শোল্লি। অচৌবা খনবা পামই। মুপী অফবা ফংগল্লি। পুকচেল লৌযুপ লৌকোই তৌগল্লি।

ধনু রাশিদা পোকপদি :— মমিং চৎকল্লি। শাগৈগী অথোইবা মী ওই। মরূপ-মপাংগী চান্নবা ওই। লল লৈ। লাইদা ভক্তি লৈ।

মকর রাশিদা পোকপদি : মীগী মুপী পামই। মতিক-মগুণ চাউই। চিরোন তৌবা রা তান্নবা হৈ। লৌশিং শিংই। অকনবগী পুকচেল চেল্লি।

কুম্ভ রাশিদা পোকপদি :- পরিবার চাউই। হরাও কুম্মৈ পাম্মী। লেঙদবা লল পামই। মীগী কান্নবা থবক তৌই।

মীন রাশিদা পোকপদি :— লল য়াম্না পামই। মশক মতৌ ফজৈ। মহৈ মশিং হৈ। মুংঙাই।

## লগ্নগী ফল

মেষ রাশি লগ্নদা পোকপদি :— ইনাক থুল্লি। মনম হুল্লি। হৈগন শিংগনবদগী মীনা য়েংথী। অচৌবনা মশক থঙই। শাউগল্লি। দেশ কোয়বা পাম্মী। মচিন মনাও রাংলি। স্বভাব ফজৈ। ফত্তবা মচা লৈগল্লি। মরুপ-মপাং রাংলি। চহি ৪দা অনাবা পী। চহি ১৫দা মচী-ময়া পানবনা শোকল্লি।

চহি ৩৫ দা অচৌ-অশাংগা খৎনগল্লি। চহি ৪৫ দা য়োৎকী অৱাবা লৈ। চহি ৫৭ তস্ম অৱাবা লৈ।

বৃষ রাশি লগ্নদা পোকপদি :— বুদ্ধি কৈ। রাখল য়াম্মে মীনা চাল্লি। মীবু ঙমই। মৱিংজেল কৈ। লাইগুরু নীংএ লাইবক কৈ। কোয়গল্লি। পাঙ্গল চাউই। লাইগুরুগী লল ফংগল্লি। রা ঙাঙবদা মীনা তানীংই। চহি ৪ দা মৈদগী অকিবা লৈ। চহি ৫।৬ তা ঈশিংদা অকিবা লৈ। চহি ১০ দা অনাবা লৈ। চহি ১১ দা মচী পা বনা য়েংথি। চহি ১৫।২৫ দা থাঙ তেন্না য়েংথী। চহি ৩৬ তা অনাবা পী। চহি ৪০ দা ফত্তে। চহি ৫৭ দা রাথৈ-লানথৈজিনবা লৈ।

মিথুন রাশি লগ্নদা পোকপদি : - মরুপ-মপাং য়াম্না কৈ ললখুম লৈগল্লি। তনগল্লি লাইরিক হৈগল্লি। অফবা রা ঙাঙই ঈশৈ পামই। লিল,শা, হুইনচিংবনা য়েংথি। চহি ৪।৭ তা নাগল্লি মৈ ঈশিংদা-মচি ময়া পানবনা য়েংথী। চহি ১৪ ফত্তে। চহি ৩ রাথোকএ। চহি ৩৭ লল ফংবা পী। চহি ৩৯ ফত্তে। চহি ৪৪ দা নাইএ। চহি ৪৭ তা কান্নবা মঙ্গল পী। চহি ৫৫ পাঙদে।

কর্কট রাশি লগ্নদা পোকপদি :- হৈ শিংই। মরৌ হৈ। কম্থি চাউই। অচৌবনা চাল্লি। নাপল চাউই। মপুৰ ভপই। অঙাং য়াম্মী। লাইনাংই। য়াইফৈ। চহি ৪ দ নাবা পী। চহি ১০ ঈশিংদা অকীবা লৈ। চহি ১১ দ রাথৈজিনবা ওই। চহি ২১ অনাবা ওই। চহি ২৫ দা রা কোংব লৈ। চহি ৩০ দা লল পী। চহি ৪৭ তা অচৌবনা য়েংথীএ চহি ৭৫। ৭৭ অৱা-অনা লৈ।

সিংহ রাশি লগ্নদা পোকপদি :—য়াইফৈ। অঙাং ওইরিবৈদা মমা মপানা লুনা তৌই। অহল ওইরগা মমা মপাগী মতৌ তৌই। মীনা য়েংথী। মীনা হায়বা কয়া ইন্দে। মমিং চৎকল্লি। মুপী অহুমদা চান্নগল্লি। গম্ভীর লৈ। মপাঙ্গল কনগল্লি। পোকপা কুমদা নাগল্লি। চহি ৪ দা চৌন্দা অনাবা পী। চহি ৭ তা ঈকাইবা পী। চহি ২১ রাথোকপা পী। চহি ৩০। ৩৫ দা ফৈ। চহি ৪৭। ৪৮ অরা-অনা লৈ।

কন্য রাশি লগ্নদা পোকপদি—পুকচেল চুমই। চাবা রাৎলোই। অহল-লমন নৌনা কায়নগল্লি মশক উবদা মীনা চাল্লে। মমিৎনা রা হায়বা হৈ। কোক পাৎকল্লি। মুপী অহানবা চান্নগন্দে। হৈ শিংই। বুদ্ধি ফৈ। মহৈ হৈগল্লি। মরুপ-মপাংনা চাল্লি। চহি ১০ দা চহি ১২। ২১ দা অরা অনা লৈ। চহি ৩৫। ৪৫ অচৌবগা য়েংথীনবা লৈ। চহি ৫০। ৫৪ রাথোক লানথোক লৈ।

তুলা রাশি লগ্নদা পোকপদি :—মীবু কিদে। মথন্তা রারকপা ঙমই। লৌশিং শিংই। মুপী য়াম্মী। মরল লৈ। কল্লকপা য়ামই। অহন লমনগী সম্পত্তি ফংই। গুণ চেল্লি। য়াইফৈ। লল্লোনবা হৈশিংই। চহি ৬ তা খোঙদা সৈনাইবা অমসুং ঈশিংদা তাবা মীপাইবা লৈ। চহি ১০। ১১ দা নাই। মৈপোক লাংপোকস্থ লৈ। চহি ২০ দা নাই। নাদ্রগা মহৈ তম্বদা থবক তৌবদা অকায়বা ওই। চহি ২৩ রাথোকএ। চহি ৩০ দা অফা-অপুন লৈ। চহি ৪৫ দা পূরিং-হকচাং মুংঙাইতে। চহি ৫২ অচৌবনা চাল্লে।

বৃশ্চিক রাশি লগ্নদা পোকপদি— নহা ও রিৈঙদা লাইরৈ। অনা অয়েক তৌএ। মীবু থানদে। মীবু বিদে। মীরা ইল্লি। মীনা য়েংথৌবা য়াম্মে। পীজ-পিথক কৈ। শাউগল্লি পোকপা কুমদা মশা নত্রগা মমাদা অনাবা পী। চহি ৬ তা মচী পানবনা শোকপা পী

ধনু র শি লগ্নদা পোকপদি—মচিন মনাও চান্নগন্দে মীদি অফবা ওই। মপুক চাউএ। তপএ। রা অরেপ্পা লৈ। মাঙদা মীনা চাল্লে তুংদা ঙাঙনৈ। য়েকপা খোৎপা হৈগল্লি। শাউগল্লি। মহৈ মশিং হৈগল্লি। চহি ৪।৭ পাঙদে। চহি ১৭ অ া অপুন পী। মৈ ঈশিংদসু মীপ বা নংবা পী। চহি ২০ ২৫ দা ক'ন্নবা মঙ্গল পী। চহি ৩০ ৪০ পাঙদে। চহি ৪৫।৫৭।৭৬ লাংযম লৈ!

মকর রাশি লগ্নদা পোকপদি—হৈ শিংবা মী ওই মহৌন্দা থীনা চৈবদা মানা শাউদে। রা ঙাংবদা মীনা তানীংই। অফবা মতু-মচা ফংএ। মচা-মশুগী মপাল চায়। সুপী অহানবা চান্নগন্দে। চহি ৪ দা নাই। চহি ৭ তা মৈদা ঈশিংদা অরাবা লৈ। চহি ১৪ দা নাই। চহি ২০।২৪ নাই। চহি ৩০।৩৫ দা অচৌবনা চান্দ্রনা শেল ফংবা ওই। চহি ৪৫।৪৮ দা অচৌবগা য়েংথিনবা লৈ। চহি ৫৬।৫৮ ৬১ ৬৮ দা থৎনবগী লল তিংবা লৈ।

কুম্ভ রাশি লগ্নদা পোকপদি—নহা ওইরিঙৈদা রায়। থবক তৌবদা পাউহংদে। শেল লৈগল্লি। সুপী অচৌবী পক্লে। মীগী সুপী পামগল্লি। পুক্লিং তয়াং-তশোইনগল্লি। চহি ৫ মৈপোক-লাংপোক লৈ। চহি ৭ নাই। চহি ১৫।৩৫।৪০।৬৪ দসু নাই।

মীন রাশি লগ্নদা পোকপদি :— নহা ওইরিবৈদা ফত্তে। মমৈদা কৈ। অচৌ-অশাংনা চানগল্লি। পাঙ্গল কল্লি। লাইরিকনচিংবা মহৈ-মশিং হৈ। মমিং চংলি। ঈশৈ অমম্বুং য়েক-খোংপা হৈগল্লি। চহি ৫ দা মমিং চংলে। চহি ১০ দা নাই। চহি ২০ দা কান্নবা পী। চহি ৩০দা অকি-অখঙ লৈ। চহি ৩৮ ফত্তে। চহি ৭৬ লাংফম লৈ।

## তিথিগী মতুং ইন্না চাবা ফত্তবা

১। প্রতিপদ— তোর্ব্বোং। ২। দ্বিতীয়া— লৈপুংখাং। ৩। তৃতীয়া— পতোল। ৪। চতুর্থী- মূলা। ৫। পঞ্চমী— হৈখাগোক। ৬। ষষ্ঠি— নিম। ৭। সপ্তমী - কোনা। ৮। অষ্টমী য়ুবী। ৯। নবমী খোংক্রম। ১০। দশমী—কোল-মনি ১১। একাদশী হরাই উরী। ১২। দ্বাদশী— উরোক-শুম্বল। ১৩। ত্রয়োদসী— খামেন। ১৪। চতুর্দ্দশী— শগোল-হরাই। পূর্ণিমা (অমাবশ্যা)— ঙা।

নোংমাইজিং মুমিৎ, সংক্রান্তি (থাগী অরোইবা) দা ঙা, শা, নিম, নোংমাংখা চাবা ফত্তে পুম্রি ময়েং তাইএ॥

## লিলনা চীকপগী ফগ।

মূলা, মঘা, আর্দ্রা, অশ্লেষা, ভরনী, বিশাখা, কৃত্তিকা নক্ষত্রনা পানবা মুমিত্তা লিন্না চীক্লবদি শিগনি। (জ্যোতিষ তত্ব)

মূলা, মঘা, আর্দ্রা, অশ্লেষা, ভরনী, ধনিষ্ঠা নক্ষত্রনা পানবা মুমিত্তা লিলনা চীক্লবদি শিগনি। (দীপিকা)

অঙাং চহি ১০ শুদ্রিবগী ফত্তবা মতম :— নোংমাইজিং পোকপগী মুমিৎ ২।৯॥ থা ২।৯॥ চহি ২।৯। অমা মতাং

অহুম অসি পাঙদে।

নিংথৌকাবগী মুমিৎ ৪। ১১ ॥ থা ৪ | ১১ অমা মতাং অনি অসি পাঙদে।

মঙ্গলবারগী মুমিৎ ৬। থা ৬। চহি ৬ মতাং অহুম অসি পাঙদে।

য়ুমশকৈশগী :— মুমিৎ ১। ৮। থা ১। ৮ ॥ চহি ১ ৮

শগোলশেলগী :— মুমিৎ ৩। ৪।। থা ৩। ৪ ॥ চহি ৩। ৪

ইরাই :— মুমিৎ ৫ ।। থা ৫ ॥ চহি ৫

থাংজ :— মুমিৎ ৭ ॥ ৭ ॥ চহি ৭

## য়ুহারাবগী ফল।

নোংমাইজিং মুমিৎ য়ুহারাবদি অনা-অয়েক পী। মহৈ মরোং মাঙই। মৈদগী অকিবা পী। অচৌবা মরী শোকই। শা-লান থোকপা য়াবা পী। ব্রাহ্মণ মরী শোকই। শা-শল মরাই তাই।

নিংথৌকাবদা হাবদি হরাওই। লৈপাক লৈহাও কায়। মরু-মরাং কৈ। চণ্ডাল মরি শোকই।

লৈপাকপোকপ হায়বদি হাওগী মরী শোকই। অনা-অয়েক পী। মহৈ-মরোং মাঙই। মৈগী অকিবা পী। অচৌবা শোকই। শা-লান থোকপা পী।

য়ুমশকৈশ হায়বদি— লোই-লম মরী থরা পোকই। অহৈ-অশিং লাকল্লি। চাক হোঙই। লৈপাক অমগা অমগা চান্নে।

শগোলশেলদা হাবদি— ক্ষেত্রিগী পীড়ানি। মীরৈবাক্তগী হ্না তায়। গর্ভদা মী অফবা চঙই।

ইয়াইদা হাবদি —লৈবাক্কী পীড়ানে। চাক হোঙই। অশি-অনা কল্লি। মীয়বাক্কগী অকি-অথঙবা ওই। মচিন-মনাও য়েংথীনৈ।

## থাগী ফল

শজিভু থাদা য়ুহারাবদি— নোং কাংই। অশি-অনা পী। কালেন থাদা য়ুহারাবদি— গর্ভদা লৈবা অঙাং শোকই। ওইনা তানা য়াম্মী। ইঙা থাদা য়ুহারাবদি— অঙম্বা মরী শোকএ। ইঙেল থাদা য়ুহারাবদি— লৈবাক রাই। শা-লান থোকএ। থবান থাদা য়ুহারাবদি— ব্রাহ্মণ অহৈ-অশিং শোকই। লাংবন থাদা য়ুহারাবদি - লৈবাক্কী পীড়ানে। শেল তাঙএ। মেরা থাদা য়ুহারাবদি— লৈবাক শাউই। অঙম্বা ঈকায়বা নংএ। হিয়াঙ্গৈ থাদা য়ুহারাবদি—তাঙলমএ। অঙম্বা অফবা থোক্লকএ। পোইন্নু থাদা য়ুহারাবদি —লৈবাক অরাবা ওই। বাকচিং থাদা য়ুহারাবদি— নুংশিৎ কল্লি। ফূরা দলান কায়এ। ফাইরেন থাদা য়ুহারাবদি— লৈবাক রাবা পী। লমদা থাদা য়ুহারাবদি লৈবাক লৈহাও কাই। নোং য়াম্না চুইএ।

## রাশিগী মতুং ইন্না দেশ থায়দোকপা

মেষ রাশি— ইংলণ্ড, দেনমার্ক, জর্ম্মনি।

বৃষ - পারস্য, গ্রেড পোলণ্ড, এশিয়া মাইনর, তার্কি পোলোকা, অয়ারলেণ্ড সাইপ্রস দ্বীপ, রুশিয়াগী খরা ··· ····

মিথুন — ইউনাইটেড ষ্টেট, লোয়ার ইজিপ্ট, বেলজিয়ম, ইংলণ্ডগী নোংচুপ থংবা শরুক, লণ্ডন-নচিংবা।

কর্কট— স্কটলণ্ড, হলণ্ড, আফ্রিকা, ইয়র্ক, নিউইয়র্ক····।

সিংহ—ফ্রান্স, ইটালি, রোম, ব্রিষ্টল, প্রেগ, মণিপুর····।

কন্যা—তুর্কিদেশ, মেসেপেটামিয়া, টাইগ্রীস তুরেলদগী ইউফ্রেটিস, ফাওবা, জেরুজেলম, বাগদাদ, সুইজারলণ্ড ··।

তুলা—চীনদেশ, জাপানে, অষ্ট্রেলিয়া, আপর ইজিপ্ট....।

বৃশ্চিক—বারবরী, সিরিয়া দেশকী শরুক খরা, লিবারপুল।

ধনু—স্পেন, অষ্ট্রিয়া, হঙ্গরী।

মকর—ভারতবর্ষ, গ্রিস, পারস্য মনুংদা লৈবা দারকাল....।

কুম্ভ—আরবদেশ, টাটাররুশিয়া, লোয়ার সুইডেন....।

মীন—পরটুগাল, স্পেনগী মনুংদা লৈবা গালিভিয়া....।

## গ্রহগী পীড়া

১। রবিগ্রহনা পীবা পীড়াদি- হকচাং অমসুং থম্মোয় নিকপা, পূকচৎপা চিন নাবা, শাগৎপা, থম্মোয় নাবা, লোক অমসুং অশাবা কাবা, মিৎ নাবা, কোক নাবা পী।

২। চন্দ্রদি - পুক্কী অনাবা, অথিনবা, ঘি থুংবা, ঈশিংগী মরীদা নাবা, শাগৎপা পী।

৩। মঙ্গলদি—লায়-থোকপা, উরিংথুংবা, লাইকোই, ঈতোন ফায়বা, খুলাই, ঈ হাথবা, শাগৎপা, লোক্কী লায়না, মুঙশং, ঈশিং লীকপা, ঈশিং য়াম্না চৎপা, মুংশিৎ অপাইবা, মৈনবা শূনবা, ঈ তাবা পী।

৪। বুধদি —শারৈ হোবা, লৈ নাবা, লোক, চাবা তুমদবা, রা ঙাওবগী পাঙ্গল রাৎপা, রা ঙাওবদা বেরা তোবা, নীংশিংনবা পাঙ্গল রাৎহনবা, কোক নাবা পী।

৫। বৃহস্পতি—ঙৌ নাবা, খৌরি নাবা, স্বরগী মরিদা নাবা, লোক, ফিরাক নাবা পী।

৬। শুক্রদি—ধাতুগী পীড়া, ফম্বী মেয়েং তাবা, ঈশিংগী মরীদা বেরা তৌবা, অঙাং লৈকমদা নাবা, চাফৎপা পী।

৭। শনিদি—মুংশিংকী অনাবা, না পঙবা, পুক নাবা, পৈ তাবা, হকচাং নিকপা, স্বরদা নাবা, যক্ষ্মা, খোঙ চিংবা, হকচাং পঙথবা শিথবা পী।

৮। রাহুদি—যক্ষ্মা তৌবা, হিংচাবী চংবা, খ্বাং য়াংলেন চিঙথেকপা, পুক্তা মতুম লৈবা পী।

৯। কেতুদি—থবক্কী মরমদা চয়েত্তা, মিৎ নাবা, ঙৌদোং লৈবা পী।

## গ্রহগী কারক

### ( থবক পুম্নমক পীবগী মপু )

রবি—নোংপোক মায়গৈ পিত্তধাতু (লোক্কী লায়না) স্বত্ত্ব-গুণ, আত্মা (থরায়) ক্ষত্রিজাতি, স্বভাব, নিংথৌবন, চীং, মপা, ক্ষেত্র, মনিক্য, ফী, অঙাংবা লৈবাক অসিনচিংবগী কাররি।

চন্দ্র—কৌক্র মায়গৈ, বাতশ্লেষ্মা, স্বত্বগুণ, পুকনিং, মমা, হকচাং নোইবা, বৈশ্যজাতি, মনম নাইবা, পোৎ, গেহু, চু, রস, মহৈ-মরোং, রুপা অসিনচিংবগী কারকনি।

মঙ্গল—মথা মায়গৈ, মথৌনা ফবা, মৈ, পিত্তধাতু, তমগুণ, নিংথৌগী য়েরুবা, পাঙ্গল, লৈপাক, ইঙ্খোল, অনাবা, মচিন-মনাও, হুরানবা অসিনচিবগী কারকনি।

বুধ—শূদ্রজাতি, মমা, লল্লোনবা, অঙ্ক বিদ্যা রা ভাগুবগী পাঙ্গল জ্যোতিষ, লায়েংবা,' ইবা অমস্তুং য়েক-খোৎপগী থবক, নোকপা, কিবা, মহৈ, সত্বগুণ.... ।

বৃহস্পতি—চিংথৈ মায়গৈ, সত্বগুণ, মচানিপা, ব্রাহ্মণ, থবক, লল, মী চান্নবা, স্না.... ।

শুক্র—মৈরম মায়গৈ, রজগুণ, মিৎ, লুপা, শাদোং, মী, ব্রাহ্মণ, কাম মরি ওই, থবক, মুংঙাইবা ঈশৈ, শাস্ত্র কাবা, লৈ, মথোক কারকপা, পোষাক, কবিতা, সর্ব্ব.... ।

শনি—খুৎলাই, অথিনবা লাল, থাউ, শামুশিং, শগোল, ইরোই, নীলকান্তমনি, মীনাই, তমঃ গুণ লাইরিক অমগী মত্তা সত্বগুণ, অরাবা, নোংচুপ মায়গৈ, অশিবা, সম্পদ, অতোনবা জাৎ।

রাহু—মোইরাংলাইজি, তৃস্বা, মপা পোকপা মপু, বায়ুধাতু, লিল, চৎপা, মতম ।

কেতু—মমা পোকপা মপু, উনশাদা নাবা, উরিং, রাবা, অরাম-খোরাংনবা অসিনচিংবগী থবক পুন্নমক পী ।

## গোচর ফল

রবিনা জন্মরাশিদা লৈরবদি মফম মাঙই, অনিশুবদা লৈরবদি অকি-অথং ফংই।

৩ দা লৈরবদি মুংঙাইবা, অফবা ফঙই।

৪ দা " " ঈকায়খুম্নবা মাঙই ।

৫ দা " " অতোনবা ওই।

৬ দা " " য়েক্নবা মাঙএ।

| | | |
|---|---|---|
| ৭ দা | ,, | লল মাঙএ। |
| ৮ দা | ,, | ,, নাই। |
| ৯ দা | ,, | ,, হকচাংগী মঙাল্ বাৎলি। |
| ১০ দা | ,, | ,, কর্ম্ম ফংই। |
| ১১ দা | ,, | ,, লল ফংএ। |
| ১২ দা | ,, | ,, লল মাঙএ। অন্নাবা ফংএ। |

চন্দ্রনা জন্মরাশিদা লৈরবদি লল ফংই।

| | | |
|---|---|---|
| ২ দা | ,, | ,, লল মাঙই। |
| ৩ দা | ,, | ,, পোৎ ফংই। |
| ৪ দা | ,, | ,, মিৎ নাই। |
| ৫ দা | ,, | ,, থবক মাঙই |
| ৬ দা | ,, | ,, লল ফংই। |
| ৭ দা | ,, | ,, নুপী ফংই। |
| ৮ দা | ,, | ,, অশিবা ফংই। |
| ৯ দা | ,, | ,, নিংথৌগী অকিবা নংই। |
| ১০ দা | ,, | ,, নুংঙাইবা পী। |
| ১১ দা | ,, | ,, লল চাওখৎলি। |
| ১২ দা | ,, | ,, অনাবা অমসুং লল মাঙবা পী। |

মঙ্গলনা রাশিদা লৈরবদি অকিবা ফংই।

| | | |
|---|---|---|
| ২ দা | ,, | ,, লল মাঙই |
| ৩ দা | ,, | ,, লল ফংই। |
| ৪ দা | ,, | ,, য়েক্লবগী অকিবা নংই। |

৫ দা " " থয়ায় মাওবা য়ানা লৈ।
৬ দা " " লল কংই
৭ দা " " অয়া-অনা নংই ।
৮ দা " " খূৎলাইনা শোকই ।
৯ দা " " থযক মাওই ।
১০ দা " " কৈ
১১ দা " " লৈপাক কংই ।
১২ দা " " য়াই, লল মাওই ।

বুধনা রাশিদা লৈরবদি অকা-অপুন নওই।

২ দা " " লল কংএ।
৩ দা " " হাৎপা অমমুং য়েন্নবগী অকিবা কংএ।
৪ দা " " লল কংএ।
৫ দা " " মুংঙাইবা কংএ।
৬ দা " " মকম কংই।
৭ দা " " মথল অয়াম্বগী অয়াবা কংএ।
৮ দা " " লল কংএ।
৯ দা " " জীবনগী চিংনবা অমাবা নওএ।
১০ দা " " কৈ।
১১ দা " " লল কংএ।
১২ দা " " লল মাওএ।

বৃহস্পতিনা রাশিদা লৈরবদি অকিবা কংএ।

২ দা " " লল কংএ।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩ | দা | " | " অরাবা হকচাং কংএ। |
| ৪ | দা | " | " লল মাঙই। |
| ৫ | দা | " | " কৈ। |
| ৬ | দা | " | " কস্তে। |
| ৭ | দা | " | " অকবা কংই। |
| ৮ | দা | " | " লল মাঙএ। |
| ৯ | দা | " | " লল চাওখৎলি। |
| ১০ | দা | " | " থাজবা কায়বা ওই। |
| ১১ | দা | " | " ফম অমম্নং লল কংএ। |
| ১২ | দা | " | " পুক্লিং হকচাং নাই। |

শুক্রনা রাশিদা লৈরবদি য়েক্লবা মাঙই।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২ | দা | " | " লল কংএ। |
| ৩ | দা | " | " কৈ। |
| ৪ | দা | " | " লল কংএ। |
| ৫ | দা | " | " মচানিপা কংএ |
| ৬ | দা | " | " য়েক্লবা চাউখৎলি |
| ৭ | দা | " | " অবা-অনা কংএ। |
| ৮ | দা | " | " লল কংএ। |
| ৯ | দা | " | " মখল-মখা অয়াবা কি কংই। |
| ১০ | দা | " | " কস্তে। |
| ১১ | দা | " | " মখল-মখা অয়াবা লল কংএ |
| ১২ | দা | " | " লল লাকই। |

শনিনা রাশিদা লৈরবদি লল মাঙই, রায়।
২ দা " " পূকনিং রায়।
৩ দা " " য়েন্নবা মাঙই, লল কংএ।
৪ দা " " য়েন্নবা চাওখৎলি।
৫ দা " " মচা য়ামই। লল মাঙএ।
৬ দা " " লল কংই।
৭ দা " " অরা-অনা কংএ। কন্তবা থোকই।
৮ দা " " হকচাং নাই।
৯ দা " " লল য়াঙই।
১০ দা " " ফত্তে। পূকনিং সুংঙাইতবা ওই।
১১ দা " " লল কংএ।
১২ দা " " অরেম্বা ওই।

রাহুনা রাশিদা লৈরবদি অমসুং য়ুম ২/৪/৫/৭/৮/৯/১২ শুবা রাশিদা লৈরবদি লল মাঙবা, য়েন্নবগী অকিবা কংবা লংকৈ চৎপা, মৈগী অকিবা কংবা শিরুম-নারুম তৌবা, থবক মাঙবা ওই।

য়ুম ৩/৬/১০/১১ লৈরবদি অফবদা শরুক ওই।

কেতুনা রাশিদগী য়ুম ৩।৬।১০।১১ লৈরবদি মীনা ঈকায়-খুম্নবা, পূন্য কংবা, লল কংবা ওই।

য়ুম ১।২।৪।৫।৭।৮।৯।১২ দা লৈরবদি থবক তৌবদা অকায়বা অরা-অনা অয়েক্তা শরুক ওই।

## গোচর দশাগী মতম।

রবি (নোংমাইজিং) মঙ্গল (লৈপাকপোকপা) গ্রহনা রাশি লগ্নদা চঙলকপা কালদা পী। শনি চন্দ্র চোংলুমদাবদা। বুধনা

মতম পুন্নমক্তা বৃহস্পতি (শগোলশেল) শুক্র (ইরাই) ময়ায়দা ফল পী।

## মতম অকনবা।

চন্দ্র মঙ্গল শনি অহিংদা মপাঙ্গল কল্লি। বৃহস্পতি রবি শুক্রনা নুংথিলদা মপাঙ্গল কল্লি। বুধনা অহিং নুংথিল অনিমক্তা মপাঙ্গল কল্লি।

চন্দ্র, বুধ, বৃহস্পতি শুক্রনচিংবা অঙ্কবা গ্রহনা শুক্ল পক্ষ (থা থোরকপা) দা মপাঙ্গল কল্লি।

রবি, মঙ্গল, শনি, রাহু, কেতুনচিংবা ফত্তবা গ্রহ কৃষ্ণ পক্ষ (থা শিথরকপ) দা মপাঙ্গল কল্লি। অফবা গ্রহনা নুংথিলদা, ফত্তবা গ্রহনা নুমিদাংদা মপাঙ্গল কল্লি।

অয়ুক্তা বুধ (য়ুমশকৈশ) নুমিৎয়ুংবা কালদা রবি (নোংমাইজিং) সন্ধ্যাদা শনি, অহিংগী অহৌবদা চন্দ্র ময়ায়দা শুক্র।

অরোইবদা মঙ্গল, বৃহস্পতি মতম পুন্নমক্তা মপাঙ্গল কল্লি।

রাহু, কেতুদি অহিংগী অরোইবদা মপাঙ্গল কল্লি।

## জন্ম নক্ষত্র ফল

নোংমাইজিং নুমিত্তা জন্মনক্ষত্র ওইরবদি থা অঙ্দা চৎথোকই।

| | | |
|---|---|---|
| নিংথৌকাবা | — | অচা-অথক ফংই। |
| লৈপাকপোকপা | — | মৈদগী অকিবা ফংএ। |
| য়ুমশকৈশ | — | সম্পত্তি ফংই। |
| শগোলশেল | — | কি ফংই। |

ইরাই — হ্নংঙাইবা ফংএ।

থাংজ — অরাবা ফংএ।

## জন্ম পক্ষগী মহৈ

থা থোরকপদা পোকপদি মশা ফজৈ, মকারাম্মী। রা ঙাঙবা হৈ। লমচৎ ফজৈ, থম্মোয় ফজৈ। নিতি কল্লি

থা শিরমদায়দা পোকপদি নুপী য়াম্না পামগনবা অমসুং শাগৈগী চাউখৎনব তৌবা অসিনচিংবা ফল পী।

## জন্ম অতিথিগী ফল

প্রতিপদ তিথিদা পোকপদি—শাগৈগী থাউমৈ ওই। মতিক মগুণ চাউই। মশম মনা ফজৈ। মচা য়াম্না পোকই।

দ্বিতীয়াদা - থৌজাল হৈ। গুণ চেল্লি। পাঙ্গল কল্লি। য়েরুববু লাকথুবা ঙমই। মমিং চৎপা ওই।

তৃতীয়াদা—অচুম্বা রা ঙাঙই। মীগী কান্নবা তৌই। গুণ চেল্লি। নুংশিৎকী অনাবা ওই।

চতুর্থীদা খৎনবা চৈনবা পাম্মী। মচা নিঙই। ঘী পামই। মরুপ মপাংগা তিন্নৈ।

পঞ্চমীদা—পণ্ডিত ওই। গুণ লৈ। মীনা সন্মান তৌই। মরুপ মপাংগী চান্নবা ওই।

যষ্ঠদা—অফবা মিং চৎপা ওই। মহৈ হৈ। মশা-উরিং থুংই। অচুম্বা পামই। পুন্সি শাংই। লল লৈ।

সপ্তমী - য়েরুববু মাঙহল্লি। মমিৎ লাওই প্রতাপ কল্লি। মপাগী মরল মাঙহল্লি।

অষ্টমী নুংঙাই। থোজাল হৈ। ইনাক খুল্লি। নুপীবু চাল্লি। তপই।

নবমী—লিকই। লমচৎ ফত্তে। খংনগল্লি। লমচৎ লৈতবা ওই।

দশমী—থোজাল হৈ। বিত্যা পাম্মী। মখোরি শাংই। মচা মশু, মরল মথুম লৈ।

একাদশী—অরাবা থাঙই। অশাওবগী পুকচেল চেল্লি। রা অফবা ঙাঙই। লাইগুরু নিঙই।

দ্বাদশী—অতিথি নুংশি, মচা লৈ। নিংথৌনা ঈকায়খুমনৈ।

ত্রয়োদশী—অঙাং ওইরিঙৈদা নুংঙাই। মশক মতৌ ফজৈ। সত্বগুণ রাংলি। তনগল্লি।

শুক্লা চতুর্দ্দশীদা - শাউগল্লি। অতোপ্পা নুপী পামই।

কৃষ্ণা চতুর্দ্দশাদা—কৃষ্ণা চতুর্দ্দশীগী শরুক ৬ থোকপগী অহানবা শরুক্তা পোকপদি ফৈ।

২ শুবদা পোকপা মপা কায়নৈ।

৩ ,, ,, মমা কায়নৈ।

৪ ,, ,, মামা কায়নৈ।

৫ ,, ,, শাগৈ মাঙই।

৬ ,, ,, লল অমসুং শাগৈ মাঙই।

পূর্ণিমাদা—অচুম্বদা মায় ওনশল্লি। মশক মতৌ ফজৈ মথৌনা ফৈ। মপাঙ্গল কল্লি। শাস্ত্র খঙই।

## য়ুমশারোল

মশাগী চহিনে, মশাগী থৌরাম্চাকনে, ১৫ নে পুল্লপ তিল্লগা ৮ না য়েল্লু ১ লেম্বা সম্পাও চাউখৎলি। ২ লেম্বা মৈগী

অকিবা ফংই। ৩ লেম্বা জয় ওই। ৪ লেম্বা অরেম্বা থৌদো থোকই। ৫ লেম্বা ভাগ্য লৈ। ৬ লেম্বা হকচাং নাই ৭ লেম্বা সম্পত্তি চাউখংলি। ৮ লেম্বা অশিবা ওই।

ক্রুররাশি,—মেষ, মিথুন, সিংহ, তুলা ধনু, কুম্ভ।
সৌম্যরাশি,—বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক, মকর, মীন।
পুরুষরাশি, মেষ, মিথুন, সিংহ তুলা, ধনু, কুম্ভ।
স্ত্রীরাশি. বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক, মকর, মীনা।
ওজরাশি,—মেষ, মিথুন, সিংহ, তুলা, ধনু, কুম্ভ।
যুগ্মরাশি,—বৃষ. কর্কট, কন্যা বৃশ্চিক, মকর, কুম্ভ।
বিষমরাশি;—মেষ, মিথুন, সিংহ, তুলা, ধনু, কুম্ভ।
সমরাশি,—বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক, মকর, মীন।
চররাশি,—মেষ, কর্কট, তুলা, মকর।
স্থিররাশি,—বৃষ, সিংহ, বৃশ্চিক, কুম্ভ।
দ্ব্যাত্মক রাশি,—মিথুন, কন্যা, ধনু, মীন
কর্কট, মীন, বৃশ্চিক = ব্রাহ্মণনি।
সিংহ, তুলা, ধনু = ক্ষেত্রি।
মেষ, মিথুন, কুম্ভ = বশ্য
বৃষ, কন্যা, মকর = শূদ্র।